সংক্ষিপ্ত

# চৈরাওবা





.. পাংথোকপা মৈতৈ চৈরাওবা

কেশাম বিরচান্দ সিংহ

# চৈরাওবা







শ্রা.শ্র ... পাংথোকপা মৈতৈ চৈরাওবা

কৈশাম বিরচান্দ সিংহ




# চৈরাওবা

পুথোকপা তাং ৭-৮-২০০০ ইং

থরানগীদনি পানবা নিংথৌকাবা ।

কোপী মশিং - ১৩০০

## লাইরিক ফংফমশিং:

১। পুন্না ফংফম - আল মণিপুর ব্রিক্লি জনেরেল লিষ্ট ফরম শেল ডিপদ । বি টি রোড রুপমহল টেঙ্ক ।

২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বজার ।

৩। জগৎমাতা বুকষ্টোর, পোলোগ্রাউণ্ড ।

৪। গর্ভণর রোড ওপোজিট মণিপুর ষ্টেট সোসিয়েল ৱেলফিয়ার, ইম্ফাল, মণিপুর ।

৫। অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং ।

<u>মমল লুপা ৩৫</u>

লাইরিক অসিগী হক পুন্নমক অইবগীনি ।

পুথোকচবা
কৈশাম বিরচান্দ সিংহ

*নম্ফম: ইষ্টর্ন ইন্দিয়া ইষ্টেন্দর ওফসেট এন্দ লেটর প্রিন্টিং প্রেস,*
*কৈশামথোং নম্বুল মপাল, ইম্ফাল, পিন: ৭৯৫০০১*

# ৱাহৈ খরদং

অহানবদা লাইরিক মচা অসিবু পাবিরীবা পাবিরীবীশিংগী মফমদা নোলুকপগা লোয়ননা ৱাহৈ খরদং থমজগে ।

চৈরাওবা কৌবা লাইরিক মচা অসি লাইরিক মখল ৭/৮ দগী খোমজিল্লগা ইজবনি । লাইরিক অসি পাবিরগা চহি কুমজা অমা হায়বদুগী অশেংবা শক্তম খঙবীগনি ।

ময়াংশিংনা তৌরিবা চড়ক পূজাগী মরমসু খঙবীগনি । মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরকখিবা মৈতৈ চৈরাওবগী থৌরমশিংগী মরমসু খঙবীগনি ।

অম্বুবাচী করিনো ? চহি খুদিংগী অম্বুবাচী পালন তৌনরিবা করি মরমগিনো ? অম্বুবাচীগী পালন তৌবা অসি করম্বা মীওইনা, করম্বা জাতিনা তৌফম থোকই হায়বগী মরম খঙবীগনি ।

চৈরাওবা করিনো ? চৈরাওবা হায়বা থৌরম অসি মখল কয়া সুবগে ? চৈরাওবগী থৌরম তৌবা করম্বা মীওইশিংনা করম্বা জাতিশিংনা তৌফম থোকপগে হায়বগী মরমসু খঙবিগনি ।

'খৃষ্টাব্দ" করিনো ? "শকাব্দা:" করিনো ? শকাব্দা: হায়বা চহি অসি করিদগী কৌখিবনো ? কনানা হৌদোক্লম্বনো হায়বগী মরমসু খঙবিগনি নুমিৎ-থাদা গ্রহণ তৌবগী মরমসু খঙবীগনি । মৈতৈ জাতি অমখক্তনা চৈরাওবা অনি থোকখিবগী মরম করিদগীনো ? জাতি অমখক্তনা চৈরাওবা অনি থোকপা চুম্বা চুমদব্রা ? হায়বগী ৱাখল তৌনিঙাই ওইবা লাইরিক্নি ।

লাইরিক অসিদা ইরিবা হিরম খুদিংমক লাইরিকশিংদগী খোমজিনজবা মক্তনি । তুংদা হৌরক্লিবা নহারোল ছাত্র-ছাত্রীশিংগী পুক্লিং লৌশিং ওইহৌনবগীদমক ১সুং অচুম্বা মশক লেপ্পা ঙম্নবগিদমক ফোঙজবনি ।।

লাইরিক অসি হৌখিবা চহি খৃ: ১৯৯৪ ইং লমতাগী ২৭নি পানবা শগোলসেন নুমিত্তা "মৈতৈ চৈরাওবগী নুমিৎ" হায়না কৌদুনা কোপী ১০০০ অমা ফোঙজখ্রে ।

হৌজিক অমুক হান্নগী বানান লানবনচিংবা ঋহৈ ফজদবনচিংবা শেমদোক শেমজিন্ কক্থোক্ কক্শিন তৌবগা লোইননা মৈতৈনা চৈরাওবা অনি থোকলকপগী মরম খরসু হাপচিঞ্জদুনা ইজরে ।

লাইরিক অসিবু পাবিরীবা পাবিরীবী ভদ্রলোকশিং অমদি নহরোল ছাত্র-ছাত্রীনচিংবা পুন্নমক্না করিগুম্বা অরানবা য়াওরম্বা থেংনবিরবদি তাকপীরকউ, লান্দবা ওম্বা মীওইপোক নচ্চদে, মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে ।

লাইরিক অসি ছাপা নমদ্রিঙৈদা অচুম অরান য়েংবীরগ। শমন তৌবিবা শ্রযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ পদ্মশ্রী ওঝা ইবুংঙোগী মফমদা শিঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরে ।

চৈরাওবা কৌবা লাইরিক মচা অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা মমুৎ তানা পাবিদুনা য়েংবীয়ু । মসিদা সৌর জগৎকী ওইবা ঋতুগী খোঙচৎ মতুংইন্না হিন্দুশিংগী চহিগী হৌফম অমসুং লোইফম তশেংবা অদু খঙবীয়ু লোইননা অচুম্বদু মশক খংলগা অপাম্বা অদুদা চৎপীয়ু, অচুম্বা চৎপা মীওইগী মফমদা তাইবং মপু ঈশ্বরনা থৌজানবীবা লেপ্পমক ওইবিসনু ॥

- অইবা -

# হিরম - য়াওফম

# চহি কুমজা অমা

চৈরাওবা হায়বদি কুম ১গী চহি লোয়বা নুমিত্তা তৌবা থৌরম্সু চৈরাওবগী থৌরম কৌই। চহি ১ হায়বদি নুমিৎ ৩৬৫ গা পুং ৬ মি: ১২ সে: ৩ না চহি অমা ওই।

রবি গ্রহ্ না (নুমিৎ না) মেষ রাশিদগী হৌরগা রাশি ১২ দা চৎলি। রাশি অমমম্দা থা অমমম্ লৈ, অদুনা রাশি ১২ দা থা ১২ চংনা চৎলি।

জ্যোতিষ শাস্ত্রনা থা ১২ গী মমিংগা রাশি ১২ গী মমিংগা মান্ননা লৌই। মদুদি:- ১ বৈশাখ-মেষরাশি, ২ জ্যৈষ্ঠ-বৃষরাশি, ৩ আষাঢ় মিথুনরাশি, ৪ শ্রাবণ-কর্কট, ৫ ভাদ্র-সিংহ, ৬ আশ্বিন - কন্যা, ৭ কার্ত্তিক - তুলা, ৮ অগ্রহায়ণ - বৃশ্চিক, ৯ পৌষ - ধনুরাশি, ১০ মাঘ - মকর, ১১ ফালগুন-কুম্ভ ১সুং ১২ চৈত্র - মীনরাশি। অসিনি মসিবু মৈতৈ ঐখোয়না বৈশাখ শজিবু জ্যৈষ্ঠ-কালেন, আষাঢ় -ইঙা, শ্রাবণ-ইঙেন, ভাদ্র - থবান, আশ্বিন - লাংবন, কার্ত্তিক - মেরা, অগ্রহায়ণ-হিয়াঙৈ, পৌষ-পোইনু, মাঘ-বাকচিং, ফাল্গুন-ফাইরেন ১সুং চৈত্র-লমতা হায়না খঙনরি।

রবিগ্রহনা হায়বদি নুমিৎ কৌবা গ্রহনা মেষ রাশিদা চংবা হৌবা নুমিৎ অদু হিন্দুশিংনা চহি হৌবা নুমিৎনি লৌনৈ। মদু বৈশাখ কৌবা থাগী তারিক অমনি। মেষ রাশিদা রবি গ্রহনা থা ১ লৈরন্নগা বৃষ রাশিদা থা অমামুক লৈ মদু (জ্যৈষ্ঠ) কালেন থানি। মদুদগী মথংদা আষাঢ় কৌবা থা মিথুন রাশিদা থা অমামুক লৈ মদু ইঙা থানি। অসুম্না মথং মথং রাশি অমমম্দা থা অমমম্ লৈরন্নগা লাকপদুনা অরোয়বা মীনরাশি চৈত্র কৌবা থাদা থা অমা ফারকপা নুমিৎ অদু নুমিৎ ৩৬৫ গা $\frac{১}{৪}$সুবা পুংফমদুদা সৌর জগৎ তাইবংপানবগী চহি কুমজা ১ লোয়রে। মথং পুংফমদগী মেষ রাশিদা রবিনা চংবা পুংফমদগী চহি হৌগনি ।। অসুম্না চহিগী অরোয়বা নুমিৎ অদুদা চৈরাওবগী থৌরম তৌরগা মথংগী নুমিৎ নোং ঙাল্লগা চহি হৌবগী শিনহেনবা কৌবা থৌরম অমা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা চৎনরকখি। মদু মৈতৈ ঐখোয়না হৌজিক ফাওবসু চৎনরিবা অসিনি।

রবিগ্রহনা রাশি ১২দা থা অমমম্ লৈবগী মতম নুমিৎ মশিঙ মান্নদে। রাশি ১দা নুমিৎ ৩১নি চংনা চৎপা য়াওই, ৩২চংবা য়াওই, ৩০নি চংবা য়াওই, নুমিৎ ২৯নিদং চংবা রাশিসু য়াওই। শম্না হায়রবদা নুমিৎ ৩০ নিনা থা অমা শাবা, নুমিৎ ৩১না শাবা, ৩২নিনা শাবা ১সুং নুমিৎ ২৯নিনা থা অমা শাবা চহি খুদিংগী য়াওই। মসি রবিগ্রহনা, হায়বদি নুমিৎ কৌবা গ্রহনা চৎলিবা ঋতুগী খোঙচৎনি। তাইবংপান্বাগী চহি কুমজা অমা শাবসি অয়াম্বনা নুমিৎকী খোঙচত্তগী লৌরগা শাই।

রবি গ্রহনা মেষ রাশিদা হায়বদি বৈশাখ কৌবা থাদা লৈরম্বা মতম চহি খুদিংগী নুমিৎ ৩১নি-৩১নি লৈরম্মী। মথং বৃষরাশি জ্যৈষ্ঠ কৌবা থাদা নুমিৎ ৩১ নি লৈবা কুম নত্রগা ৩২ নি লৈবা কুমসু য়াওই। মথং মিথুনরাশি আষাঢ় কৌবা থাদা নুমিৎ ৩২ নি লৈবাকুম– নত্রগা ৩২নি লৈবা কুমসু য়াওই। মথং সিংহ রাশি ভাদ্র কৌবা থাদা রবিগ্রহনা চহি কুমজা খুদিংগী নুমিৎ ৩১নি-৩১নি লৈ। মথংদা কন্যারাশি আশ্বিন কৌবা থাদা রবিনা নুমিৎ ৩১ নি লৈবা নত্রগা ৩০ নি লৈবা কুমসু য়াওই। মথং তুলা রাশি কার্ত্তিক কৌবা থাদা রবি গ্রহনা চহি কুমজা খুদিংগী নুমিৎ ৩০ নি - ৩০ নি শোয়দনা লৈ। মথংদা বৃশ্চিক রাশি অগ্রহায়ণ কৌবা থাদা রবিগ্রহনা নুমিৎ ২৯ নি লৈবা কুম নত্রগা ৩০ নি লৈবা কুমসু য়াওই। মথং ধনুরাশি পৌষ কৌবা থাদা রবিনা নুমিৎ ২৯ নি লৈবা কুম

নত্রগা ৩০ নি লৈবা কুমসু য়াওই । মথং মকর রাশিদা (মাঘ কৌবা থাদা) রবিনা নুমিৎ ৩০নি লৈবা কুম নত্রগা ২৯নি লৈবা কুমসু য়াওই । মথং কুম্ভ রাশি ফালগুন কৌবা থাদা রভিগ্রহনা নুমিৎ ৩০ নি লৈ, করিগুম্বদসু নুমিৎ ২৯ নি লৈবা কুমসু য়াওই । মথংগী অরোয়বা রাশি মীন, চৈত্র কৌবা থাদদি নুমিৎ ৩০নি-৩০নি চহি ৩/৩ লৈরগা ৪ সুবা চহিদা নুমিৎ ৩১ নি লৈ । অসুম্না রবিগ্রহনা চৎপা ঋতুগী খোঙচৎ অসিদগী চহি কুমজা অমা শাবনি ।

## (২) রবিগ্রহগী খোঙচৎ

রবিনা থা ১২ দা চৎপা খোঙচৎ মখাগী খুদমসি য়েংউ

| শকাব্দাঃ | ১৯০৮ | ১৯০৯ | ০৯১০ | ১৯১১ | ১৯১২ | ১৯১৩ | ১৯১৪ | ১৯১৫ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| থা | নুমিৎ মশিঙ | নু: মশিঙ | নু: মশিঙ | নু: মশিঙ | নু: মশিঙ | নু: মশিঙ | নু: মশিঙ | নু: মশিঙ |
| বৈশখ . | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ |
| জ্যৈষ্ঠ | ৩১ | ৩১ | ৩২ | ৩২ | ৩১ | ৩১ | ৩২ | ৩২ |
| আষাঢ় | ৩২ | ৩২ | ৩১ | ৩১ | ৩২ | ৩২ | ৩১ | ৩১ |
| শ্রবণ | ৩১ | ৩১ | ৩২ | ৩২ | ৩১ | ৩১ | ৩২ | ৩২ |
| ভাদ্র | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ | ৩১ |
| আশ্বিন | ৩১ | ৩১ | ৩০ | ৩০ | ৩১ | ৩১ | ৩০ | ৩০ |
| কার্ত্তিক | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩০ |
| অগ্রহায়ণ | ২৯ | ২৯ | ২৯ | ৩০ | ২৯ | ২৯ | ৩০ | ৩০ |
| পৌষ | ২৯ | ৩০ | ৩০ | ২৯ | ২৯ | ৩০ | ২৯ | ২৯ |
| মাঘ | ৩০ | ২৯ | ২৯ | ৩০ | ৩০ | ২৯ | ২৯ | ৩০ |
| ফালগুণ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ২৯ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ২৯ |
| চৈত্র | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩১ | ৩০ | ৩০ | ৩০ | ৩১ |
|  | ৩৬৫ | ৩৬৫ | ৩৬৫ | ৩৬৬ | ৩৬৫ | ৩৬৫ | ৩৬৫ | ৩৬৬ |

অসিগুম্বা গ্রহগী খোঙচৎ অসি তাইবং লৈশেমঙৈদগী চৎলকপনি অদুবু হান্না খঙনরম্নদবগী ৱানি। হৌজিক ফাওবসু চৎলি মতুংদসু নুমিৎ থানা লৈরিমখৈ চৎখিগনি ।

# অম্বুবাচী

অম্বুবাচী হায়বা থৌরম অসিসু চৈরাওবগুম্না চহি খুদিংগী তারিক হোংদনা থোকই । হায়বদি চহি খুদিংগী এপ্রিলগী তারিক ১৩ নত্রগা ১৪দা চৈরাওবা ওইবগুম্না অম্বুবাচীসু জুন থাগী তাং ২১ নত্রগা ২২ দা চহি খুদিংগী থোকই ।

মসি রবিগ্রহনা মেষরাশিদগী হায়বদি বৈশাখ কৌবা থাগী তারিক ১দগী খোঙশাল্লকপনা মিথুন রাশিগী হায়বদি আষাঢ় কৌবা থাগী তারিক (বাঙ্গলা তারিখ) ৬ নত্রগা ৭তা পৃথিবীগী রজস্বলা ওইবা হৌই । পৃথিবীগী রজস্বলা অসি নুমিৎ হুমনিগা দণ্ড ২০ দা লোয়, মসি কুম খুদিংগী ওইবনি । মসিবু অম্বুবাচী কৌই ।

অম্বুবাচী হায়বা, পৃথিবীগী ঋতুগী খোঙচৎ অসি জুন থাগী তাং ২২, আষাঢ় কৌবা থাগী বাঙ্গলা তারিক ৭ তা হেক-হেক ওই । মরক মরক্তা হায়বদি জুনগী তাং ২২ অসি চহি ৩ থংন থংননা ওইরগা ৪ সুবা চহিদা জুনগী তাং ২১ আষাঢ়গী তারিক ৬ তা ওই । মসিদগী খঙলে জুনগী তাং ২২ গা আষঢ়গী তারিক ৭ কা থানবা লৈতে ১সুং জুনগী তাং ২১গা আষাঢ়গী তারিক ৬ কসু সুকথা থানদে ।

অসিগুম্না চৈরাওবসু এপ্রিলগী তাং ১৩গা চৈত্রকৌবা থাগী তারিক ৩০গা থানদে । করিগুম্বা এপ্রিলগী তাং ১৪দা চৈরাওবা তারগা চৈত্র কৌবা থাগী তারিক ৩১না শাই । অসুম্না রবিগ্রহনা চৎলিবা ঋতুগী খোঙচৎ অসি লেংদনা লৈ ।

# অম্বুবাচী

অম্বুবাচীগী থৌরম অসি ইঙা থাগী থাজিন্দা অমুক্ থায়াইদা অমুক ১সুং থামৈদা অমুক ওই । করিগুম্বা মতমদা ঈঙেন থাগী থাজিন্দা তারকপসু য়াওই। চৈরাওবগুম্না থাগী খোঙচত্তা লৌদে নুমিৎকী খোঙচত্তা ঋতুগী মতুং ইনবনি ।।

চৈরাওবসু শজিবু থাগী থাজিন্দা অমুক থায়াইদা অমুক ১সুং থামৈদা অমুক লাওবা অসি অরিবা মতমদগী চৎনরকখি । হৌজিকসু চৎনরি মতুং নুমিৎ থানা লৈরিবা মখৈসু চৎনখিগনি ।

অম্বুবাচী হায়বগী নুংগী ওইবা ব্রাফমদি নুপী ওইবীশিংগী থা অমগী মনুংদা নুমিৎ ৫নি শোক্ল - শম্নবা য়াদবা অদুবুনি । মীওইবগী নুপীশিংগীদি থা-থা খুদিংগী রজস্বলা ঋতুগী খোঙচৎলৈ। লাইগী নুপীশিংগীদি চহি ১গী মনুংদা অমুকখক্তা মরে । পৃথিমাতা লৈবাকলৈমা ইমাদি লাইগীশিংদা চল্লি অদুনা চহি ১গী মনুংদা অম্বুবাচী অমুক-খক্তং লৈরিবনি ।

অম্বুবাচী ওইরিঙৈগী মতমদা পৃথিবীদা লৈবাক তৌবা, লৌ খোইবা, মরু-মরাং হুনবা, পোৎচৈ থাবা লৌ লিংবনচিংবা, পৃথি খোগাইবা, ঈশিংপা, অসিগুম্বা থৌরম কয়ামুক তৌফদে হায়বা লাইরিকী ব্রা লৈ । মরম অসিনা মীওইবা ঐখোয়না অম্বুবাচীগী পালন তৌফম থোকই । অমদি অম্বুবাচী গী মতমদা সঙ্গোম থক্লবদি মহু পুবা লিন্দগী অকিবা লৈতে স্মৃতিগী মত লৈ, মরম অসিনা অম্বুবাচী মনুংদা ষণগী সঙ্গোম থকনৈ । অম্বুবাচী ব্রারোল অসি সরল বাঙ্গালা অভিধানগী লামাই ১৩২ দা য়াওরি ।

মৈতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা অম্বুবাচী পালন তৌবা অসি থাইনদগী চৎনরকই হৌজিকসু চৎনরি । অম্বুবাচীগী মতম অসি চহি খুদিংগী ইঙা থাদা ঙাক্তা থোকপনা খুঙ্গংগী· লৌমীশিংগী থবক য়াম্না চিন্নবা মতম থোকই । মরম অদুনা অম্বুবাচীগী নুমিৎ হুমনিগা দণ্ড ২০ মক মপুং ওইনা লৌগী থবক লেপ্লগ ঙম্নদে । অদুবু নোংমতংদি তঙাইফদনা চিল্লবসু চিনফদবা ওইনা লৌ খোইবা, লিংবা, লৈপাক তৌবা, মরু-মরাং হুনবা, ইনচিংবা, লোং খোনবা, ঈশিংপা, ঙাথি চাকথিবনচিংবা লৈপাক্কা মরি লৈনবা থবক ইংখাং পুম্নমক লেপ্তুনা অম্বুবাচী পালন তৌবা থাইনদগী হৌজিকফাওবা চৎনরি ।

অদুগা অম্বুবাচী পালন তৌবা অসি খুঙ্গং অমগা খুঙ্গং অমগা মওং মান্নদবা খর উই । মদুদি :- কনা কনাগুম্বা খুঙ্গংগী লৌমীশিংনা খুল অদুদা লৈরিবা য়ুমথোং খুদিংগী মীওই খুদিংমক থবক লেপ্লদুনা নোংমতদা পুন্না

অম্বুবাচী পালন তৌবা খুঙ্গংসু য়াওই ।

অদুগা কনা কনাগুম্বা খুঙ্গং খরদনা মাগী মাগী থবক খরখজিক কোমগদবা তাঞ্জা য়েংলগা হৌবদরা ময়াইদরা অরোইবা নুমিত্তরা নোংবা থবক লেপ্পগা অম্বুবাচী পালন তৌনৈ । অসুম্না কনা অমনা অম্বুবাচী পালন হৌবা নুমিত্তা তৌবা য়াও, ময়াইদা তৌবা য়াও, অরোইবদা তৌবা য়াও ইমান মান্নদবা খুঙ্গংসু লৈতবা নত্তে ।

অসুম্না মণিপুরদা অরিবা মতমদগী অম্বুবাচী পালন তৌনরকই । অদুগা মণিপুরদা লৈরিবা মীওইবা জাতি কাংলুপ কয়াগী মনুংদগী মৈতৈ জাতি মখৈতনা অম্বুবাচী পালন তৌরগা চীংমী মখৈদি অম্বুবাচী পালন তৌদবগুম্না উই । মসিদা হায়জনিংবদি ঐখোয় মীওইবা জীব খুদিংমক অম্বুবাচী পালন তৌবা য়াবা মরম লৈ ।

পৃথিবীদা লৈরিবা ঐখোয় মীওইবা কাংলুপ খুদিংমক জাতি খুদিংমক্ পৃথিবীগী মথক্তা পোকপনি, পৃথি মথক্তা লৈদুনা হিংবনি, ঐখোয় পুম্নমক পৃথিমাতাগী মচা-মশু ওাক্তনি । শিরবসু লৈবাকলৈমা ইমাগী মতমপাকতা শিগনি হকচাংসু মাঙোন্দগীনি মাঙোন্দা তিনগনি । মরম অসিনা চহি অমাগী মনুংদা অমুক খক্তং থোকপা ইমা লৈবাক্কী অম্বুবাচীগী পালন অসি খঙজদবা শা উচেকশিংনা খংজদ্রগসু মীওইবা ঐখোয়দি জাত বিজাত খাইদনা অম্বুবাচী পালন অসি তৌফম থোকই ।

# চড়ক পূজা

চড়ক পূজা হায়বদি - চহিগী অরোয়বা নুমিত্তা পাঙথোকপা থৌরম্মু চড়ক পূজা কৌই । মসিবু " মহা বিষুব সংক্রান্তি" হায়নসু খঙনৈ । সংক্রান্তি হায়বদি রবিগ্রহনা রাশি অমদগী রাশি অমদা লানবগী তাইনবা মরকঅদুবু কৌই ।

শব্দোক্ত হায়বা তারবদি "রবিগ্রহ" নুমিৎ কৌবা গ্রহনা "রাশি অমদগী রাশি অমদা" হায়বদি - থা অমদগী থা অমদা লানবগী তাইনবা মরক্ অদুবু সংক্রান্তি কৌই ।

সংক্রান্তি মখল য়াম্মী থা খুদিংগী সংক্রান্তি লৈ । খরদং-পনবা য়াবদি :- "মাঘ সংক্রান্তি" ৱাকচিংগী সংক্রান্তিবু " উত্তরায়ণ সংক্রান্তি" কৌই । ৱাকচিং সংক্রান্তিদগী নুমিৎনা অৱাংলোমদা নোংম নোংমগী খর খর কাখৎলি "শ্রাবণ সংক্রান্তি" ঈঙেনগী সংক্রান্তিবু দক্ষিণান সংক্রান্তি কৌই । মসি থা ৬/৬ তা ওইবা সংক্রান্তিনি । ঈঙেনগী সংক্রান্তিদগী নুমিৎনা নোংমা নোংমগী মখারোমদা খর খর চশ্থরকই । মসি থা ৬/৬ তা ওইবা সংক্রান্তিনি ।।

অদুগা থা ২ পুনশিল্লগা সংক্রান্তি অমমম্ লৈ মসিবুনা ঋতুগী সংক্রান্তি কৌই । মদুদি:- শজিবু - কালেন "গ্রীস্ম ঋতু" ওলাং থা, ইঙা-ঈঙেন "বর্ষা ঋতু" নোংজুথা, থৱান-লাংবন "শরৎ ঋতু" শরৎথা, মেরা-হিয়াঙ্গৈ "হেমন্ত ঋতু" হেমন্ত থা, পোইনু - ৱাকচিং "শীত ঋতু" নিংথমথা অমসুং ফাইরেন - লমতা "বসন্ত ঋতু" য়েনিংথা ।। অসিবু ঋতু ৬ কৌই ।

রবিগ্রহনা রাশি ১২ দা থা অমমম্ লৈরকপা অদুনা মীনরাশি হায়বদি চৈত্র কৌবা থাদা লৈরকপা নুমিৎ অদুগী অরোয়বা নুমিৎ ওইবা, হয়েংদগী মেষ রাশিদা লানশ্রগদবা নুমিৎ অদুবু মহাবিষুব সংক্রান্তি কৌই । মসি নুমিৎ ৩৬৫ না মপুঙ ফারবা নুমিৎনি নুমিৎ অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা ময়াংশিংনা চড়ক পূজা তৌনৈ ॥

হায়রিবা নুমিৎ অসিদা ঐখোয়গী মণিপুরদসু মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা লাই হাক্তক্তগী চৈরাওবগী থৌরম তৌরকখি । ৱাফম অমনা হিন্দু ধর্ম্মচৎপা ময়াংশিংনা চড়ক পূজা নুমিত্তা শিব মহাদেববু পূজা তৌনরিবা অসিগী মরমদা মখাগী ৱারিসি থমজরি -

## বাণ নিংথৌগী অশম্বা ৱারী

শ্রীবিষ্ণুগী খোইদৌ থম্বালদগী ব্রহ্মা পোক্লে, ব্রহ্মান মরীচি পোক্লে, মরীচিনা কশ্যপ পোক্লে, কশ্রপনা হিরণ্যকশিপু হিংচাবা পোক্লে, হিরণ্যকশিপুনা পহ্লাদ পোক্লে, প্রহ্লাদনা বিরোচন পোক্লে, বিরোচননা বলি পোক্লে । বলিনা বাণ-হিংচাবা পোকই ।

মপাঙ্গল কনবদা মপা লৈত্রবা বলি হিংচাবগী মচানিপা অহন বাণকৌবা হিংচাবগী নিংথৌ অসিনা মচা ধারা ফংনবগীদমক অকনবা তপস্যা তৌদুনা শ্রী মহাদেববু নিংজখি । শ্রীমহাদেবনা পেনবীরদুনা মচা ফংহনবীখি লোয়ননা বাণগী মিচংদা মহাদেবনা লেপ্পীদুনা মহাকপু মতম পুম্বদা ঙাক শেম্বীখি ।

বাণ হিংচাবনা য়েক্লবগা লান থেংনবা খুদিংদা মহাদেবনা য়াওবিবদগী লাই পুন্নমক্কসু বাণ গা লান থেংনগদবা কিনখি । মহাদেবগী থৌজান্না লাইশিংবু লানঙমদুনা মাইথীবা পিরে । মহাক্কা কন্যাবুসু কিবা লৈতরে লোয়ননা মথংশিংনা ফক্তরো লমচৎ কয়া অমা চৎলকখি ।

অসুম্না বাণ নিংথৌনা লাই ব্রাহ্মণ, সাধু বৈষ্ণব, মুনি ঋষি কয়া কয়াদা ওৎপা নৈবা তৌদুনা অৱাবা কয়া-কয়া পিরক্লবদা তাইবং মপু শ্রীভগবানগী অনিংবদগী জগৎকী জীববু অৱাবদগী কম্বীনবগীদমক বাণ হিংচাবগী মচা নুপী উষা কন্যানা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা লিলা অমা শান্নরকখি ॥

## উষা কন্যা ।

মহাদেবগী বরদগী ফংজরবি বাণ নিংথৌগী মচানুপী ' উষা ' কৌবী কন্যা অসি নোংমা অহিং অমদা শ্রীকৃষ্ণগীদি মশুনিপা প্রদ্যুম্নগীনা মচানুপা অনিরুদ্ধবু মমঙদা ৱারী কয়া শানদুনা, থৱায় হকচাং কৎথোক্তুনা, সজ্জাঅমত্তদা ফম্মীন্নদুনা, নুংশি ৱারী শাদুনা, পুন্সিগী থাদোক্লরোইশি হায়দুনা, সজ্জাদা হিপ্লিবা মপুরোইবগী পেন্নবা সেবা তৌদুনা লৈমন্নিরম্মী ॥

মীকপ থোকপদা উষা কন্যা অঙাওবিগুম্না নুংশিবা কায়নবগী অৱা মৈচাক খাংঙমদনা ৱাঙ্থ - ৱাঙ্থ কপ্লে । তাইবংদা অমুক্তসু উখিদ্রিবা, লৈফমসু খংদবা কনাগী মচানো হায়বসু খঙদবা অনিরুদ্ধবু হৌজিক্তা লৈরম্বা ইপুরোইবা ককদাইদা চৎখরে ? কদাইদা লৈবগে হায়দুনা অঙাওবিগুম্না কোয়থি-কোয়থি থিরকই ॥

মদু উবদা মমান্নবী (মতাসখি) চিত্রলেখানা ফাজিন্দুনা কোনশিল্লগা হংই - নিংথৌগী মচাইবেম্মা করিনো তৌবিরিবা অসিবো ? ননাই ঐঙোন্দা শেংনা অমুক্তা হায়বিয়ু করি তৌরবগে ? করিগী কপ্লিবনো ? মরমদো খংহনবিয়ু ইতাগী অৱাবদো ঐসু শরুক য়াজগে অঙম্বা মতেং পাংজগে ।

উষানা হায় - চান্নরবী ইতাইবেম্মা নঙসু উরিবা নত্তরা ? হৌজিক্তা মাগা ঐগা ঐগী কা অসিদা নুংশি ৱারী শানবদু নঙসু তারিবা নত্তরা ? হায়য়ু মহাক অদু কদোমদা চৎখরে ? মহাকপু খর থিবীয়ু, ইপুরোইক্ম য়াওদনা ঐবু করম্না লৈয়ু হায়রিবনো ইতা ?

চিত্রলেখানা হায় - মচাইবেম্মা তপথবীখো, কপ্পীখিগনু ঐ মরম পুম্নমক খঙজরে, মঙদা ওইরম্ববু মীৎকপ থোক্লগা তাংইবংদা লৈরম্বদি হৌনশা নত্তে ।

উষানা হায় - হৌজিক্কী অদুবু মং ওইরবা.......... নত্তে, মং নত্তে ইতা, তশেংনমক মঙ ওইবা তারবদি ইতা ঐদি করম্না হিংগনি, হায়য়ু ইতা নহাক্লা উপায় অমা তৌবিদুনা মহাকপু পীবিয়ু, নত্রবদি ঐগী থৱায় লেপ্পমক হিংবা ঙম্নরোই ইতা .... ॥

চিত্রলেখানা হায় - ইতা অমুক্তা তপথখো ঐ উপায় অমা য়েংজগে,

করিসু ব্ৰাবিরুগনু ঐগী ব্ৰাসি তাবীয়ু । ইতানা মঙদা উবিরম্বা মহাক অদু কনাগী মচানো ? করি লমদগীনো ? মমিং করি কৌই হায়বিয়ু ঐনা শোয়দনা মহাক অদু লৌজরুগে । চিত্ৰলেখা ঐগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ইতানা খঙবিরিবদুনি, মশক মমিংদা হায়বিয়ু ।।

উষানা হায় - ইতা ইবেম্মা মহাক অদো মশকসু অমুক্তফাওবা তাইবংদা উখিদ্রি, মমিংসু খঙদে, লাইরা, মীরা করি জাতিনো হায়বা খংদে, মংলা তাইবংলা ঐ খঙদে, হৌজিকব্ৰায়দা লৈরম্লগা মাঙখিবা ঐগী থব্ৰায় ওইবা মহাক অদু নত্তনদি ইতা..... ঐগী থব্ৰায় হিংবা ঙম্লোই, নঙনা ঐগী থব্ৰায় ফনবীগে হায়রবদি মহাক অদু পুবীবকউ । নত্ৰবদি ঐ লেপ্নমক শিরগনি ।।

উষা কৈন্যাগী অব্ৰাবসি উবদা মঙদা উখিবা নিপা অদু চিত্ৰলেখানা থিরকই ! অঙকপনি রাক্ষসীগী মায়া শক্তি - মরোল ৩মক্তা লৈরিবা মী, লাই, হিংচাবা, গন্ধৰ্ব্ব ১সুং কিন্নরনচিংবা পৃথিবীদা লৈরিবা নুপাগী মখৈবু য়েক্ল - য়েক্লগা উষাদা অমমম ওইনা য়েংহল্লি, মঙদা উখিবা মহাক অদু মানবা য়াওবরা য়েংউ হায়দুনা ।।

মথং - মথং য়েংলকপদা উষানা অনিরুদ্ধবু উবদা মহাক অসিমক্লি ঐগী ঈপুরোইবা, মহাকপু পুবিরকউ হায়রে । মদুদা চিত্ৰলেখানা হায়খি, ইতা মহাক অসিদি দ্বারকাগী শ্ৰীকৃষ্ণগী মশুনি প্ৰদ্যুম্নগী মচানি মমিং অনিরুদ্ধ কৌই ।।

উষানা হায় - ইতা ইবেম্মা অদুদি থিল্লে হৌজিকমক লৌবিরুরো ঐগী লাইবক ফবা ওইহনবীরো ।।

চিত্ৰলেখানা হায় - শ্ৰীকৃষ্ণগী মশুনিপা অনিরুদ্ধবু ফংজবদি ফংঙমদ্রবা লাইবক ফবনি । অদুম্নদি ওইরগা লমসু য়াম্না লাপ্লি লুরিবদি অনিরুদ্ধ কৌবা কৃষ্ণগী মশু অসি লুহোংলবা নুপী লৈরবা নুপানি ।।

ব্ৰাহৈ অসি তাবদা উষানা হায় - ইতা ইবেম্মা লুহোংখ্ৰবা নুপা ওইজসনু, নুপী অমত্তা নত্তনা ১০ গী মপু ১০০ গী মপুরোইবা ওইরম্লবসু ঐগীদি মহাক নত্তনা ঈপুরোইবা তাইবংদা অতোপ্পা নুপা অমা লৈত্ৰে হায়বসি ঐগী অরেপ্পনি. ইতা । অদুনা মহাকপু থুনা - য়াংনা চত্তুনা মহাকপু লৌবিরুরো ইতা ।।

চিত্রলেখানা হায় - ইতা নহাক্কি পুক্লিংনা অদু য়ৌখ্রবদি ফরে ঐ হৌজিকমক দ্বারকাদা চৎলগা অনিরুদ্ধবু শোয়দনা লৌজরুরগে অশোয় অঙাম য়াওদনবা লাই খুরুম্বীরম্মু । অসি হায়রল্লগা মায়া হৈরবি চিত্রলেখা দ্বারকা পাংথ্রে ।।

সোমদা উষা কন্যা ভগবতি দুর্গাগী মন্দিরদা চংশিঞ্জরগা নোল্লুকপগা লোয়ননা কপ্পা কপ্পা খুরুমদুনা হায়জরকই ! থৌজাল হৈরবী হেঃ ইমা অপংবী নচানা পিক্লিডেঁদগী তাইবং মীরোল খঙলকডেঁদগী হৌনা ইমা নহাক্কী নফমদা পূজা কৎচরকপগী মহে ঙসি নিজরগে পীনবীয়ু ঠাকুরানি, ইমা নহাক্কী থৌজালদগী ঙসি ঐগী মঙদা ফংজরম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মশুনিপা অনিরুদ্ধবু ঐগী ঈপুরোইবা ওইনবীয়ু । ইমা নহাক্তি শক্তি পুন্নমক্তগী অথোইবী মায়া শক্তিনি ইমা নহাক্কা ঙমদবা লৈতবনি । ইতা চিত্রলেখানা ঈপুরোইববু লৌবা চৎথ্রিবা মদুদা ইমা নহাক্কা তেংবাংবিদুনা অশোয় অঙাম য়াওদনা পুহনবীরকউ ।।

অসোমদা মায়া হৈরবী চিত্রলেখানা খুদক্তা দ্বারকা য়ৌরে, মায়া তৌদুনা মী কনা অমত্তা উহন খঙহন্দনা অনিরুদ্ধগী য়ুম কাদা চংই ।।

অনিরুদ্ধসু অহিং অদুগী মঙদা উষা কন্যানা সেবা তৌদুনা নুংশি ঋরী শাদুনা নুংঙায়না লৈমিন্নরম্মী । উষানা অনিরুদ্ধগা মঙ মঙবা মতম মান্নরম্মী, মীৎকপ থোকপসু মতম মান্নরম্মী । মীৎকপ থোকলকপদা উষাবু উদ্রবদা অঙাওবগুম তৌফম খঙদনা চাবা থকপা তৌদনা উষাবু কোয়থি থিদুনা লৈরম্মী । অসুন্না লৈরিডেঁদা চিত্রলেখা চংশিনখি - হেক উবদা অনিরুদ্ধনা হংই শকহেনবী ইবেম্মা নহাক ঐগী উষা কন্যা নত্তবরা ? ঙসাইমখৈ কদায়দা লোৎলুরে ? ঐনা কয়া ঋানা থিরুরে, হায়য়ু কদাইদা চৎলুই ?

ঋাঙাং অসি তাবদা চিত্রলেখানা মোমোন নোক্লগা তপ্পা হায়রকই, ইবুংঙো ঋা কন্না ঙাংবিগনু মীনা তাখ্রগা ঋাথোক ওইগনি । ঐ মরম পুন্নমক খঙজরে ঐগী ঋাসি অমুক্তা তাবিয়ু ।।

অনিরুদ্ধনা হায় - করিনো ইবেম্মা মী তাগে তাখিসনু নঙগীদমক ঐনা লেপ্লিদনা, নহাকপু ঐগী লোইনবী ওইবদা ঐগী যদু শাগৈগী মী অমত্তনা অয়েৎপা পীরক্কদবা লৈতে ।।

চিত্রলেখানা হায় - নত্তে নত্তে ইবুংঙো ব্রাফম অদু ওন্নরে ঐ উষাকন্যা নত্তে ; উষাগী মমান্নবী মতা সখীনি ; ঐগী মিং চিত্রলেখা কৌজে । উষাগা ঐগা শক য়াম্না মান্নজে অদুনা মীপুম খুদিংমক্লা ঐবু হেক উবদা উষা হায়না কৌরকই, উষাবু উরগসু চিত্রলেখানি হেক্তা খল্লি । অদুননি ঐবু লান্না লৌবিগনু ।।

ব্রাফম অসি তাবদা অনিরুদ্ধনা ঙক্লদুনা হংলকই ! অদুদি ইবেম্মা নহাক মফম অসিদদি করিগীদমক্তো....!

চিত্রলেখানা হায় - ঐনা লাকপগী মরম পুম্নমক শেংনা পাওদমজগে, অদুগা ভাব তাবিগনি ! ঐগা শকমান্নবী উষাকন্যা বান নিংথৌগী মচানুপী রাজকন্যানি, (অনিরুদ্ধনা - অদুবুদি ঐসু মানা ঙশাই ব্রারী শাবদগী খংলেনা) তোঃ নিংথৌগী মচাইবেম্মা উষা কন্যানা পীশক পীক্লিঙৈদগী ঞ্জান খর খর লাকপদগী ভগবতী দুর্গা ইমাবু নিতি নুমিৎ খুদিংগী ইরাৎ পুজা তৌজদুনা মী মরক্তগী অথোইবা ইপুরোইবা অমতং পিনবীয়ু হায়দুনা থৌনিজরকখি । অসিনা মরম ওইদুনা ভগবতি ইমানা থৌজানবীদুনা হৌখিবা ঙসিগী অহিংদা উষা অনিরুদ্ধ অনিবু মঙ ওইনা শক খঙহনখি । মীৎকপ থোক্লকপদা উষানা নহাকপু উদ্রবদা ব্রান্থ-ব্রান্থ কপ্পুনা নহাকপু থিরকখি । মদুদা ঐনা হংখি কনাগী মচানো ? করি লমদগীনো ? করি মমিং কৌই হংবদা করি অমত্তা খুম্বা ঙমখিদে ।।

মতাং অসিদা অনিরুদ্ধনা হায় - চুম্বা তারে মাগা ঐগা ব্রারী শানখিবদু মঙ.... ওইরেকো...! মানদি ঐগী ইমিং ইথা হংদবনা ঐনসু হায়খিদে । ঐনা হংবদদি মাগী অশেংবা পরিচয় তাকলকখি । ঐদি মঙনি হায়বদু হৌজিকফাওবসু খঙলুদরি । অদুদি ইবেম্মা চিত্রলেখা, নঙনা ঐখোয় অনিগী মরীদা করম্না খঙদুনা মফম অসিদা লাক্লিবা ?

চিত্রলেখানা হায় - মদুগী মরম ঐ হায়জগে, ব্রহ্মাগী মচা দেবঋষি নারদ মুনিনা ঐগী ইফমদা চানবীদুনা তামসি বিদ্যা কৌবা মহৈ অদু পীবিরম্মী । মদুগী মপান্দগী ঐনা ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা নিপা মখে অমমম য়েক্লগা য়েংহনবদা নহাকপুনি হায়বা খঙবদগী নহাকপু লৌবা লাক্লিবনি । হৌজিকমক চৎথ্রসি নহাক নত্তনদি উষাগী থব্রায় হিংবা ঙম্লরোই ।

## উষা কন্যানা লুহোংবা

ব্রাফম অসি তাবদা অনিরুদ্ধ ভাব তারদুনা চিত্রলেখাগা লোয়নদুনা শোণিতপুর কৌবা বাণ নিংথৌগী কোনুংদা মচা ইবেম্মা উষা কন্যাগী মনাক্তা থুংলরে ॥

উষাকন্যানা মবুংঙোবু ফংজরবদা হরাওজরে, মপা নিংথৌ তাহন্দনা কুলপুরোহিতকা তানদুনা গন্ধর্ব বিবাহগী মওংদা লোননা লুহোংলে । মপুরোইবগী সেবা ফংজরবদা উষা কন্যা ব্বারম্বদি কোকচরে অদুবু মপা নিংথৌনা খঙলক্লগা করি থোক্লগবা খল্লুবদা ব্বাদবা ঙমদে ॥

অসুম্না উষা কন্যানা অনিরুদ্ধবু ময়ুমদা লোন্না থমদুনা শেবা তৌদুনা লৈরকখি । অদুবু মতম খর লৈরগা মপা নিংথৌনা তারক্লবদা শাওদুনা অনিরুদ্ধবু হাৎনবগীদমক মাগী লাম্মী তেঙ্গোল ময়াম থাজিল্লকখি । শ্রীকৃষ্ণগী মশু অনিরুদ্ধ মথন্তগা হিংচাবগী লাম্মী তেঙ্গোল ময়ামগা অকন্বা লান থেংনবদা অনিরুদ্ধনা ঙমলে ।

মদুদা বাণ নিংথৌ শাওদুনা মশামক য়াওনা লান চংলক্লে, অকনবা লান থেংনরে । মমৈদা বাণ নিংথৌনা অনিরুদ্ধবু ইন্দ্রজাল কৌবা খুৎলাইনা ফারগা নাগপাশনা পুন্দুনা থমলে । হাৎলগে থৌরাং তৌরকপদা ধর্ম্ম লৈবা মন্ত্রী কুম্ভাণ্ডনা খামখি ! করিনো মহারাজ নচানুপী লৌবা নমাকনিপাবু হাৎলগা নচানুপীবু লুখ্রা ওইহনগে থৌরাং তৌবা করি ধর্ম্মনো ? ব্বাফম অসি তাবদা হাৎকদবদি তোক্লে অনিরুদ্ধবু পুন্দুনা বন্দি থমখি ।

সোমদা (ভুত - ভবিষ্যৎ-বর্তমান) হৌখ্রবা - ওইরক্কদবা হৌজিক ওইরিবা মতম অহুম্ন খঙলবা নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অনিরুদ্ধনা অৱাবা তাদুনা লৈরিবা লানগী পাউ হেক তম্বদা শ্রীশ্রীকৃষ্ণনা শাওদুনা ময়াম্নুং বলরাম, মচানিপা প্রদ্যুম্নচিংবা তেঙ্গোল কয়া পুদুনা বাণ নিংথৌগী শোণিতপুরদা থুংখি ॥

শ্রীকৃষ্ণগী তেঙ্গোলগা বাণ হিংচাবগী তেঙ্গোলগা অকনবা লান থেংনৈ । বাণগী মিচংদা স্বয়ং মহাদেবমক লান য়াওররে । অদুম ওইনমক বাণ নিংথৌ লান্দা মাইথীরে । মতম অদুদা শ্রীমহাদেবনা মনাই বাণ নিংথৌদা হায়বিখি : -

"তাও তাও বাণদৈত্য তাইবংপানবা পুম্নমক্কি মপু শ্রীকৃষ্ণনি । মহাদেব ঐ ইশামক্লা নিতিগী মহাক্কি নাম শোন্দুনা মহাকপু নিংজরিবনি । তাইবং পুম্নমক মহাক্লা ওইবনি, পুম্নমক্লা ওইরিবসি মহাক্লা শান্নবা কুম্মোনি, অরোয়বদা পুম্নমক মাঙোন্দা তিনবনি । খঙগু, নিংথৌ শ্রী কৃষ্ণগী মশু অনিরুদ্ধবু নমাক ওইবা ফংজবদি নঙগা মান্ননা লাইবক ফবা জগত্তা লৈত্রবনি ।"

মহাদেবগী ব্না অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মরম ওইদুনা বাণ নিংথৌ জ্ঞান তারক্লে । খুদক্ অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা চংজদুনা হায়জরকখি । হে ঃ প্রভু থৌজালহেবা, ননায়গী ইরাল ঙাকপিয়ু ; প্রভু মহাদেবনা তাকপীবা য়াথংদগী, ইবুংঙোদি পুম্নমক্কি মপুনি হায়বা হৌজিক্তা খঙজরক্লে । অহানবদা ঐনা পংবদগী ঐদি মহাদেবগী মনাইনি, ঐবু মতম খুদিংমক্তা প্রভু মহাদেবনা ঙাক - শেনবীরি, লাইয়ামশিংসু মহাদেবগী থৌজালনা লান্দা ঐনা মায়থিবা পীবা ঙম্লে হায়দুনা অচৌবা নাপল কাদুনা কনাবুসু কিরুদবা ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু । হৌজিকমক কৈসুমশংদা পুন্দুনা থল্লিবা ঐগী ইমাক নুপা অনিরুদ্ধবু লৌথোক্লুরগা ইচানুপী কন্যাদান কৎচরগে । ফংঙমদ্রবা শ্রীচরণনা ননাইগী কোক্তা অমুক্তংদি হাপ্লিয়ু হায়দুনা দণ্ডবত ওইনা খুরুমজখি ।

শ্রীকৃষ্ণনা চংজরক্লবা মনাইগী কোকথক্তা শ্রীচরণ থাংগৎপীরগা নুংশিবা ব্রাহেনা তাকপিরকখি "হৌগৎলো - হৌগৎলো দৈত্য রাজ । নবুংঙো মহাদেবগী থৌজান্দগী নঙ হৌজিক নশাদা পাপ লৈত্রবনি । মতম খুদিংমক্তা নঙনা তৌগদবদি ঐনা ঙসি হায়রম্লিবসি কাউগনু , কৃষ্ণ ঐগা মহাদেবগা মশা অমত্তনি হায়না খল্লু, নঙনা শিবপুজা তৌরগা কৃষ্ণঐনা অদুম পেল্লি, অদুনা নপুম্সি চুপ্পা শিবপুজা তোক্কনু । কৃষ্ণ ঐগী বরদগী ঙসিদগী নহাক শিবভক্তশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী অথোইবা শিবভক্তা অমা ওইজরো" হায়না তাকপীখি ।

শ্রীকৃষ্ণগী বর অসি ফংলবদা মনাই থাদুনা অনিরুদ্ধবু লৌহল্লুরে । শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা মচানুপী উষাবু পুশিল্লক্তুনা কন্যাদান কৎচরে । অওং অউন চাউনা তমদুনা মচা মমাক অনিবু শ্রীকৃষ্ণদা শিন্নজরে শ্রীকৃষ্ণনা বিদায়গী মতমদা মঙ্গল আশীর্বাদ পীরম্লগা উষা অনিরুদ্ধ তেঙ্গোলগা লোইননা দ্বারকাদা হল্লকখি ॥

# চড়ক পূজা

শ্রীকৃষ্ণগী থৌজান্দগী বাণ নিংথৌ মপাপ পুন্বা কোকখিদুনা পুকচেল ফংলমদবা হিংচাবগী লমচৎ থাদোক্লুনা, মহাক্কী লৈরিবা প্রজা পুম্নমক্না লোয়নননা মহাদেবগী অচানবা মনাই ওইখরে । বাণ নিংথৌনা শিবভক্ত ওইরবদা "মহাকাল" হায়বা মমিং অসি কৌরদুনা মহাদেবগী মনাইশিংগী মরক্তা মহাকসু অথোইবা অফাওবা ভক্তা অমা ওইখি ।।

বাণ নিংথৌনা শিবভক্তা ওইরবদা মহাদেবনা পেনবীবগীদমক চহি খুদিংগী চহিগী অরোয়বা চড়ক পূজা নুমিত্তা মাগী লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না লোইননা মহাদেব পূজা চাওনা কৎলি ।।

অসুম্না বাণ নিংথৌনা চহি চহি খুদিংগী ওইনা মাগী প্রজা মীয়ামগা লোয়নননা তৌরম্বা চড়ক পূজা নুমিত্তা শিবপূজা কৎলম্বা অদু হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা ময়াংশিংনা মথৎ মথৎ চথরকপনা হৌজিক ফাওবসু তৌনরি ।।

# মৈতৈ চৈরাওবগী থৌরম ।

ঐখোয়গী মণিপুরদা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্লিবা চৈরাওবগী থৌরম অসি অরিবা মতম হায়বদি লাই হাক্তক্তগী হৌনা চৎনরম্লবা থৌরমনি । থৌরম অসি চহি খুদিংগী শজিবু থাগী থাজিন্দা অমুক, থায়াইদা অমুক, থামৈদা অমুক পাঙথোক্লরকখি ।।

চৈরাওবা হায়বগী অশেংবা অর্থদি চহি কুমজা অমা লোয়রে হায়দুনা লাউববু চৈরাওবা কৌই । থৌরম অসি লাই হাক্তক্তগী হায়বদি মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী চৎনরকপদি [illegible] পানা ৪গী লৈকায়রাকপা নুপা ৪না মাগী মাগী পানাগী ফিমচু শেৎলগা খোকব্রা চৈগী মতোন্দা শরিক য়াল্লগাা শগোল অমা তোংলগা মাগী মাগী পানাগী লৈরক খুল্লক্তা থুংনবা চত্তুনা পাউ লাউই । মরোন্দি শরিক খিংনা খিংনা অসুম্না লাওনৈ :- তাও তাও লৈবাক মচাশা ঙসিগী মখৈ চহি লোয়রে, হয়েংদগী চহি কুমজাঅমা অমুক হৌরগনি, তাদবা তারো খঙদবা খঙলো, মৈদিংঙু (.......) ইনিংথৌগী য়াথংনি । অসুম্না লাওববু চৈপায়দুনা লাউই হায়বদগী চৈরাওবা কৌরকখি ।।

অসুম্না চৎনরম্ব্রদগী পাখংবদগী নিংথৌরোল ৩৮ সুবা মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌনা, নিংথৌ ওইবদগী চহি ১৭ সুবা কুমদা খ্বঃ চহি ১৪৮৪ দগী চৈরাওবগী অনৌবা মওং অমা হোংলকখি ।।

মদুদি :- পানা ৪ দা লৈকায় লাকপা নুপা ৪ না খোকব্রা চৈগী মতোন্দা শরিক য়াল্লগা চৈ পায়দুনা শরিক জৃং জৃং খিংলগা লাউবা চৎপদু তোক্লগা, নুপা

অমখক্তনা নিংথৌগী মাওঙ্গ [illegible]গা নুপা ৪ না পুর[illegible] থৌরম অদুনা লাইরোল ওইনা হায়রগা অনৌবা কুমজদা লাকদবা নিংথৌগী, লৈবাক্কি, লৈমাগী অফ ফত্ত অৱা অনা পুম্নমক নদাই[illegible] ঐনা[illegible]জরগে হায়না দায়ত্য পুখি । মহাক অদুবু চৈ পায়বা থোদোকখ্রে হায়বদগী চৈথোবা হায়না কৌখি । কুম অদুদা ইহান হান্না চৈথাবা হৌদোকখিবা নুপা অদুগী মমিং হিয়াংলোই হায়না কৌই ।।

## শ্রী বিষ্ণু পূজা ।

মৈদিংগু ক্যাম্বনিংথৌগী মতমদা মণিপুরদা শ্রীবিষ্ণু পূজা হৌদোকপিরম্মী । হায়রিবা শ্রীবিষ্ণু অসি হৌখ্রবা দ্বাপুর যুগকী অরোয়বদা পাল্লম্বা অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহননা লাংলম্বা শ্রীবিষ্ণু অদুমক্কি হায়না থাজনবা ৱা লৈ ।।

মসিগী অশম্বা ৱারি মতেক খরদি :- মণিপুরদা অর্জুনগা বভ্রুবাহনগা মপা মচা ল্যান থেংনবদা অর্জুন বৃষকেতুনচিংবা তেঙ্গোল পুম্নমক লান্দ শিরুবদগী শ্রীকৃষ্ণনা লাক্লগা হিংগৎহল্লবা মতমদা বভ্রুবাহন্না শ্রীকৃষ্ণদা হে প্রভু মণিপুরদা লেংদনা লৈবিয়ু পুন্সিচুপ্পা সেবা ফংজগে হায়জরবদা শ্রী কৃষ্ণনা তাকপিরকখি মণিপুরগী নিংথৌ, হৌজিক্তি নহাকসু অর্জুনগী তেঙ্গোলগা লোয়ননা লান চৎলসি, হস্তিনাগী যজ্ঞ লোয়রগা মণিপুরদা অমুক হল্লক্লগা, সে ঐনাপীরিবা শালচক্র অসি লৌশিল্লু মসি কৃষ্ণ ঐমক্কি খল্লু অদুগা ইরাৎচৌ মতম অমদদি ঐনা নরৈবাক মণিপুরদা লেংদনা লৈরখিনি । অসি হায়দুনা শালচক্র শ্রীবিষ্ণু পিবিরম্মী ।।

হায়রিবা বিষ্ণু অদু বভ্রুবাহন্না যজ্ঞ লোয়দুনা হল্লক্লগা মপুন্সি চুপ্পা ইরাৎ পূজা তৌদুনা মপুন্সি লেনখি । মথংদা মহাক মচাধারা থনমদবদগী মণিপুর নিংথৌ পান্দ্রে ।।

মথংদা পোং লৈবাক্তগী লাক্তুনা মণিপুরদা নিংথৌ ৩ পাল্লম্মী । অহানবা নিংথৌ তৌখাংখু কৌই । অনিসুবা নিংথৌ তৌহাংখু কৌই । অহুমসুবদা পানবা নিংথৌ তৌহাংপে কৌই । তৌহাংপে নিংথৌ মতম খর মণিপুরদা পালল্লগা শ্রীবিষ্ণু পুখ্রগা পোং লৈবাক্তা লৈখ্রে । মতমনা মরম ওইদুনা পোং লৈবাক্তা শ্রীবিষ্ণু অসি মাঙখ্রে লোৎখ্রে ।।

দ্বাপুর যুগ লোয়দুনা কলিযুগ হৌরে । মণিপুরদা মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেল পাখংবনা পানবদগী মথং মথং পাল্লকপনা নিংথৌরোল ৩৮ সুবা মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌনা পানবা মতমদা পোং লৈবাক্তা লৈখিবা শ্রী বিষ্ণু অদু মতমদুগী পোংনিংথৌনা পুরক্লগা পীরখি । বিষ্ণু অদু ফুরা অমা শারগা মদুদা থমখি । পূজা তৌদবদগী নিংথৌ নারে মদুদা বিষ্ণু পূজা কৎনবগী তানরকপদা বামোননা কৎকদবনি হায়বদগী বামোন থিরকপদা বামোনশিং লোৎনখরে । লোৎপগী মরমদি মতমদুদা মণিপুরদা লানচেল্লক্লগা লোৎলম্বা বামোন ৬ লৈরম্মী মদুদি :- (১) গঙ্গারাম শর্ম্মা, (২) দামুদোর শর্ম্মা, (৩) হরিবিদ্যালঙ্কার শর্ম্মা, (৪) পরমানন্দ শর্ম্মা, (৫) শুবিনরায়ণ শর্ম্মা ১সুং (৬) রাঙাচরণ শর্ম্মা অসিনি । মতমদুদা বঙ্গলাদেশতা হিন্দুগা পাঙলগা লান থেংনবদগী মণিপুরদা লোৎলবনি । মণিপুরগী নিংথৌনা থিরক্লে হায়বা পাউ তাবদগী কীরদুনা চীং মান লোক তাইদা অয়ুক নুংথিল লোৎলুরগা অহিংদা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকখি ।।

অদুবু নোংমদি খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা লৈবা বামোন শুধিনরায়ণ শর্ম্মনা সন্ধ্যা য়াচংবদা ইম্ফাল তুরেন্দা ইরুজরিঙৈদা নিংথৌগী মনাইশিংনা ফাদুনা পুরগা নিংথৌদা শিন্নবদগী নিংথৌনা ফুরা মনুংদা লৈবা বিষ্ণু পূজা তৌহনখি। বিষ্ণু পূজা তৌখিবদগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌখি । ফুরাগী লাই লাৎলি হায়দুনা বামোন শুবিনরায়ণ শর্ম্মগী শাগৈবু ফুরাইলাৎপম কৌখি । শুধিনরায়ণ শর্ম্মবু ফাখিবা মফম খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকায়গী ইরুজফমবু বামোনহিদেন হায়না কৌনরি ।।

হায়রিবা বিষ্ণু অসি লাৎপা হৌখিবগা লোয়ননা মতুংদা শজিবুগী চৈরাওবদা পানা ৪ দা নিপা ৪ না পাউলাওবা চৎপা তোক্লুনা চৈপায়দুনা লাওবা থাদোকই হায়বদগী মহুৎ শিনবা নিপা অদুবু চৈথাবা হায়না কৌখি । বিষ্ণু পূজাগী বাফম অসি মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি কৌবা লাইরিক্তা য়াওরি ।।

হিয়াংলোইনা চৈথাখিবদগী হৌরগা কুমশিগী চৈথাখিবা শ্রী ফুরিৎশাংবম পুল্সি সিংহ্ সাং খুরুখুলনা শকাব্দা ১৯২২, খৃ: ২০০০ এপ্রিলগী তাং ১৩, শজিবু থাগী ৯ নি ১০ নি পুন্না পানবা শগোলশেন নুমিৎকি চৈরাওবদা চৈথাখিবা অসি ফাওবদা চৈথাবা মশিং (৫১৭) চামঙাগা তরাতরেৎ সুরে ।।

মসিদগী ঐখোয়না লেপ্পমক খণ্ডবা ণ্ডল্লে মদুদি :- মণিপুরদা লাই হাক্তক্তগী হৌনা চহি খুদিংগী চৈরাওবা অসি কুম অমত্তা লেপ্তুনা চৈরাওরকখি । মণিপুরদা পুক চত্তুনা (মী) য়াম্না শিনবা কুম, লাইজাও থোক্তুনা অসি অনা য়াম্না থোকপা কুম, শা - লান য়াম্না কন্দুনা চাক তাংবা কুম অমসুং 'অব্বা' লানদা চহি ৭ খুন্তাক্তুনা অব্বা অনা কয়া থোকখিবা কুমশিং অসিদসু মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরকপা মৈতৈ - চৈরাওবগী থৌরম অসি কুম অমাফাওবা লেপ্তুনা তৌরকখি হায়বা খণ্ডলে । থৌরম অসি মৈতৈ নিংথৌগী য়াথংনা মাইবীশিংনা পাঙথোকই ।

## চৈরাওবগী শিংশৎপা

চৈরাওবা নুমিৎকি নোংমা রাৎলিঙৈদা নুমিদাং য়াচংবা মতমদা সনা কোনুংগী মাইবশিংনা হৈবোকচিংদা লৈরিবা লাইফমদা চৎতুনা থৌনিরুই, মসিবু শিংশৎপা কৌই । লমতা থাগী অহানবা থাংজা নুমিত্তা চহি অদুদা শিগদবা মীগী মীশিঙ লাইয়াম খুন্দিল্লগা শিংথোক্তুনা শিংথাখিবশিং অদুবু শিহনবিগনু হায়না থাখ্রিবা শিং মশিঙ অদুবু শৎপিনবগী থৌনিরোলনি হায়না চহি চহিগী থৌনিরোল অসি কায়দনা তৌরক্লি ।

হায়রিবা থৌনিবা অসিদা চংবা পোৎলমদি লাইয়িংথৌগী ফিরোই অসুবা লাইরেম্মগী ফিরোই অসুবা, চেংপাক উতোং ৭,কবোক অফাবা, শঙ্গোম, চুহি চফু ইরাল ১, ফমফি ফিরাক তাইবা অমা, য়োৎ খুনেৎ ২, শেল খুনেৎ ২, শেন্দাই ১, খোইরু থাউমৈ ৭, য়াম, হৈরম ৭, লৈরম ৭, শিংজু, চেং ইনশাং, নাহৈফু অসি খিবিক্কি পোৎলমনা থৌনি ।।

থৌনিরিবা অসিদা মী মী অদুগী খুবি তিংখৎলগা, খুৎশা ৪ না খুৎতুম পায়বা শিংনাং অদু খুবিগী মতোন্দগীনা খুদুম অদুগী অরোয়বা মফমদা শিংনাং অদু থাংনা কক্লগা মী অদুগী মমিং অদু শিংনাং অদুদা ইরগা লং অহিংবনা য়েৎলগা শেন অমগা হাপতুনা ফি অহনবা অমনা য়োমশিন্দুনা লাইদা থৌনিরুবা অদু লোয়রগা, নোং ঙাল্লগা চৈরাওবা নুমিৎকি অয়ুক্তা মাইবশিংনা মশা মশাদা মাগী মাগী চৈ অদু পীরুই । চহি অদুদা শিদ নাদনা নুংঙায়না

পান্নবগীদমক্তনি হায়দুনা চফু অহনবা অমদা ঈশিং থন্না হাপ্লগা হৈরুক পানা লৈপরেং অঙৌবা কোনয়াই পু ১ য়াওনা মীওইবগী উশিন শিল্লি । মসি ঙসি ফাওবদা কায়দনা তৌরক্লি । শিংশৎপগী লাইরোল অমসুং উশিলগী ৱারীনচিংবগী লাইরোল কয়ামরুম লৈরিবা ৱারীশিং অদু সনা কোনুংগী মাইবশিংনা হায়রিবা থবক অসি কায়দনা তৌরি ।

চৈরাওবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা ইরুশান্দেংনবা মরমদি :- ১ নুংজেং, ২ পুরুক শৌবি, ৩ মন্ত্রি পুঙ্গিবগী পুখ্রী, ৪ লাংগোল পুঙ্গিখোংগী ঈশিং, ৫ খাখোং, ৬ লাইখোং, ৭ মরোংখোং হায়রিবা মফমশিং অসিদগী ঈশিং শোক্লগা পুন- শিন্দুনা ইরু শান্দেংই । নাহৈগনি, অসুম তৌরবদি মী অদুগী চহি অদুগী ফত্ত-হাওদি পুম্নমক কোকই হায়না চৎনৈ । থৌরম অসি নিংথৌনা লৈবা সনা কোনুংগী মীওইশিংগীদমকতি কোনুংগী মাইবনা নাহৈবনচিংবা তৌই ।

অদুগা চৈরাওবা নুমিৎকি অয়ুক্তা মৈতৈগী য়ুম য়ুম খুদিংগী লাইয়িংথৌ সনামহি অমসুং লৈমরেলবু কুম অদুগী অনৌবা পোৎলম কয়া কয়ানা চেং হৱাই মনা মশিং খিবিক্লা সিধা কৎলি । অদুগা মথেল লুককোই মশিং য়াম্না থোংলগা, থোংগাল খুদিংগী খর ফান্দোক্লুনা ৱাই নিংথিনা তৈথোক্লগা, হৈরুক পান থাওমৈ লৈ শু শেল (দক্ষিনা) নুমিৎ অদুগী থোংলিবা মথেল সুনা হাপ্তুনা চাকলুক শেম্লগা কৎথোকই । মসি কৎথোকত্রিবমখে ইমুংগী অঙাংশিংন চাক ফনা লামদুনসু পীজনদে লায়গী কৎথোকখিবা লোয়রগা চানৈ । অসুম্না চৎনবী ওইনা কৎনরক্লিবা অসিগী মওং অসি ইনৌ নৌনা তৌখিবা থৌরম নত্তে । চৈরাওবা নুমিৎকি থোঙ্গালদা চাকলুক অমমমতা কৎপসু কৎনৈ । কনাগুম্বনা চাকলুক ৩ কৎপসু য়াওই । চাকলুক অহুম কৎলিবা অসিদি ওনখিবা চহিদা চৈরাওখিবা নুমিৎ অদুগী অমা, কুমশি চহিগী চৈরাওরিবা নুমিৎ অসিগী অমা, নোংমৈগী চৈরাওগদবা নুমিৎ অদুগী অমা অসুম্না হায়রিবা নুমিৎ অহুম অসিগীদমক্তা কৎলগা লুক খুনবনা ইরমমাবা তুমাবা, ইরম শেনবা তুশেনবা, কুমসনা কুমলিকলাই লাই অহুমনা খুল্লে । অরেম্বনা হনবা কোকচাওনে, হননু লৈখমনে, খুন্দাহনবনে অহুম্মক্লা ফংজেএ ।

অসুম্না হায়রিবা থৌরম অসি শাগৈ অদুগী য়ুম মাংলবদি তৌনদে

চৈরাওবা নুমিৎতা মৈতৈগী য়ুমথোঙ অয়াম্বদি সনামহি লৈমরেনবু সিধা কৎপদা ঙা য়াওদনা মনা মশিং হব্রাই চেংহব্রাই কৎপা চৎনরক্লিবা অসি মৈদিংঙু পামহৈবা নিংথৌগী মতমদা মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎনরকপদগী ওইগনি হায়না থাজনরি । অদুগা হৌজিক ফাওবদসু কনা কনাগুম্বা মৈতৈ য়ুমথোঙ খরদি চৈরাওবদা ঙা য়াওনা চৈরউবসু য়াওনরি ।

চৈরাওবা নুমিত্তা শাগৈগী স্নামহি লায়্নিংথৌ লৈমরেল ইশাইফু অদু শেংদোক্নুনা হৈ - লৈ কৎলি । নুমিৎ অদুদা ঙমহৌদ্রগা নুমিৎ ৫ নিগী মনুংদা হৈ - লৈ তলনচিংবসু কৎনৈ ।

চৈরাওবা নুমিৎকি অয়ুক্তা লাই নোংশাবা, পাখংবা, য়ুমজাও - লাইরেম্বী, লাই অহুমগী লাইশংদা থোঙ হাংদুনা থৌনিগনি । ফিরোই ফিঙামসু হোঙগনি । হৈ - লৈসু কৎকনি, লৈহুন কায়দনা হুনগনি । লাইথংবম শাগৈনা লাই নোংশাবগী লুক হৌরগা য়ুমশকৈশা নুমিৎ খুদিংগী চয়োনগী লুক কায়দনা কৎলি । লাইশ্রম শাগৈনা মবুধৌ পাখংবগী ইরাই নুমিত্তা চয়োলগী লুক কৎলি । অদুগা য়ুমজাও - লাইরেম্বীগীনা লৈপাকপোকপা খুদিংগী চয়োলগী থাউরোইজম শাগৈগী পিবানা লুক কৎলি । হায়রিবা থৌরম অসি থাইনদগী ঙসি ফাওবদা কায়দনা চৎলিবনি ।

অদুগা চৈরাওবা নুমিত্তা চহি খুদিংগী কায়দনা লাংগোলদা লৈবা থোঙঙাক লাইরেম্বীগী থৌনিবা মাইবা মাইবী থাদুনা খরুংনচিংবা সনাকোনুংনা ফি - রোল কৎলি । লাইগী থৌনিবা লোয়রগা মৈ হৌরগা হৌরিবা মৈ অদুগী মৈঙালদা করম্বা মখলগী তিল - কাং চংলকপগে হায়বা অদু মাইবা চৎলিবা অদুনা য়েংলগা চহি অদুগী লৈবাক্কি নিংথৌগী অফ - ফত্তনচিংবা মহৈ য়েংই ।।

লাংগোল নিংথৌগী লাইশঙদসু, তরুং লাইরেম্মগী লাইশংদসু থৌনিরোল অসি কায়দনা মাইবা মাইবী থাদুনা থৌনিগনি । কোনজল য়াইচলনচিংবা তৌই ।।

য়ুরেম্বম খুন্না সেবা চৎলিবা নিংথৌ লাই মবেন্ধৌ হুইদোল পোকপীগীসু মাইবা মাইবী থাদুনা তল কৎলি । হায়রিবা থৌনিরোল অসি থায়নদগী নিংথৌরোল মথং মথং কায়দনা হৌজিক ফাওবা তৌরি ।।

মঙাং, লুবাং, খুমন চিংঙু অহুম্মক্তা হৈ - লৈ ফিরোই ফিঙাম কত্তুনা মাইচৌনা চহি অদুগী লৈবাক্কী নিংথৌগী লাইনা, লাইচৎ, মহৈ-মরোং, রায়েল থৌদা, মতিল-মকাং, অফ-ফত্তগী য়ারম্বু লাইরিক পুয়াদা লৈরিবা মরোলশিং অদুবু পাথোক্তুনা ইনিংথৌগী অমসুং অঙম অথৌ লৈবাক্কী অয়াম্বা মীশিংদা পাথোক্তুনা মরোলশিং অদু তাহল্লি । অসুম্না তৌরগা লৈবাক্কি পুক্লিং লৌশিং ওইনৈ । অসুম্না চহি অদুগী পাবা পুয়া অদুবু কুম্বারোল কৌই ।।

অদুগা চৈরাওবা নুমিৎ অসিদা লৈকাইরাকপা মরিনা খুরাই পানা, রাংখৈ পানা, খ্বাই পানা অমসুং য়াইস্কুল পানানা 'মাগী মাগী পানাগী ফি মচুশিং অদু কায়দনা শেৎলগা মাইকৈ মরিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংনা খঙনবা শগোল তোংদুনা চৈ মতোন্দা শরিক য়াল্লগা ঙসিদগী হৌনা অনৌবা চহি অমা হৌরগনি হায়না লাউই । অসুম্না ঙসিদগী হৌনা চহি কুমজাগী অনৌবনা হৌগদবা অরিবা চহিনা লোয়খিবা নুমিৎ অসিবু কুমজা তেকহৌনবা থাজ নৌহৌনবা শচিফু লাকয়েল তাইবা হায়নৈ ।

হায়রিবা থৌরম অসি শজিবু থাদা তৌনৈ । হায়বদি থা ১২ গী অহানবা থা শজিবু থাগী থাজিন্দ অমুক, মথং চহিদা থায়াইদা অমুক্, মথং চহিদা থামৈদা অমুক চৈরাওবগী থৌরম তৌনরকই ।।

কোংবা লৈথোং ফাংপা, শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়রিবা থৌরম অসিদি শজিবু থাগী পানখৎলকপা ৭ নি পানবদা চহি খুদিংগী থৌনিরোল কায়দনা হৌজিক ফোওবদা পাংথোক্লি।

কোংবা লৈথোং ফাংপা । শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়রিবা থৌনিরোল অসিদগী -------চহি অদুগী অফ - ফত্ত, কুমচং থাজংকী অরা নুংঙাইগী পাওতাক কয়ামরুম খঙবা ঙমই হায়বদু থাজনা লৌনৈ ।।

হায়রিবা থৌনিরোল অসি চহি খুদিংগী মফম অমতদা লেংদনা পাংথোক্লিবা লাইফমদি ইরিল তুরেলগীনা নোচুপথংবা কোংবা তুরেলগীনা নোংপোক থংবা হৌজিক্কি কোংনুংদগী পোরোমপাংকি লম্বিদা মাইল ৪রোম

চৎলগা পাওল তারিবা কোংবা তুরেলগী থোং লাল্লগা তোপ খোংনাংখোং য়ৌদ্রিঙৈদা লৈবা অঙোম পোকপা লাইফম, নিংথেম পোকপা লাইফম হায়বা মফম অনি অসি য়াম্না নক্লনা নোংচুপ নোংপোক ওইনা মাই মখা ওন্না লৈ । মফম অসিদা কোনুংগী মাইবা লোইশংনা শজিবুগী ৭নী পানবদা চহি খুদিংগী কায়দনা থৌনি । থৌনিবগী মওংদি মফম অদুদা লৈপাক তৌদুনা লৈবাক নিংথৌগী অফ-ফত্ত খুদম য়েংই । মফম অনি অসিগী শল্লপ্পা ৱারিদি:- নোংদালাইরেল পাখংবগা, অঙৌব লংমাইনিংথৌ কাইনৌচিংশোম্বগা চিংঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুম শাবু মথং মথং নিংথৌরোল খুদিংদা কায়দনা চৎথরিবা অদুগুম্বা লাইফমনি । নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথক্তা পানখিবা পাখংবা লৈনুং লোঞ্জা অরিবনা পলেম পম্বৌ অনিনা য়াংদৌবী য়াংদৌবা কৌনা কুমজা থাজা শাখিবগী লৈথোং ফাৎফমদি কংলা লৈথোংদা ফাৎতুনা থৌনিরমই । মথংদা কুমশিংবু কুমলোন্নরে । থাজবু থারোন্নরে হায়বগীদমক্তা তোকখিদুনা কোংবা লৈথোংফাৎখিয়ে অসুম্না কুম্বারোল পুয়াদা নিংথিনা ইরি । মতাং অসিদগী মৈতৈগী কুমশিং অচৌবা কুমশিং মচা হায়না অনিথোক্লা খায়খিবগী মরমদদি চাওমনখিবনা খরদংদা ওইনা ইজরে ।।

লৈথোং ফাৎপা লাইফম অদুদা সনা লুপা কোনজল য়াইচল্লগা লৈতৌ য়োৎ য়োৎনা লাইফম অমমম্‌দা য়োৎ অমমম্‌না তৌদুনা য়েংলগা লৈরম্বা পোৎশকশিং অদু ফি অহনবা অমদা য়োমদুনা মাইবনা ঙক্তা হুক্তুনা পুরকই অদুগা সনা কোনুং য়ৌরগা মোংবা য়ুমজাও লাইরেম্বীগী লাইশং মনুংদা খরুং অনিদা অমমম্‌ হাপ্পুনা নুমিৎ ৫ নি থমই । অসুম্না কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুন ফুনবগী থৌনিরোল অসি কায়দনা চহি কুমজা খুদিংগী থৌনিরি । লৈথোং ফাৎফমদ সরেন্নচিংবা কৎলি ।।

লৈশেমঙৈদগীনা লৈনুং লোঞ্জা পাখংবগী মতম ফাওবদা চৎনরকপা মওংদগী মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা মওং খর অমা মফমনচিংবা হোংদুনা চৎনরকপনা মতুং মৈদিংঙু ক্যাম্বা সনা হাক্তক শকাব্দঃ ১৪০৬ খৃঃ ১৪৮৪ দগী হৌনা হান্নগী চৎনরকপা থৌরম অদুনা লাইরোল ওইনা হায়রগা নিপা ৪ না পুরম্বা চহিগী মশিল অসি তশেংনা নুপা অমতদা

পুহল্লসি, মাগীদমক্তা থৌ কায়বিরসি হায়না সনা য়াথং তাকপিদুনা লোইশং পুম্নমক্না খন্নদুনা সনা য়াথং লৈপাক তাহনফদে হায়না লেপ্লদুনা লৈবাক কোয়বা অঙম্বশিং পুম্নমক্না লিক্লাই নিংথৌরেলগী সনায়াথংবু কায়দনা চহি অসিদগী হিয়াংলোই পোইরৈচা কৌবা মদাইরেম্মা অথৌ অয়াং কোনববু লৈবাক্কী নিংথৌগী উশিন ওইনা থৌ পীবিখিএ। মদাইরেম হিয়াংলোই অথৌববু লৈবাক নিংথৌগী থৌকায়বিদুনা নহাল নোংগী চৈ পায়দুনা লাউরম্বা চৈ অদুবু থাদোকখ্রে হায়বগীদমকপু পোইরৈচা হিয়াংলোইবু চৈথাবও কৌদুনা কৌরঙেনে। মদুসু মদোমদে ৱাঙম শুদোন তানা লাংহৈ কুমশিং খুদিংগী কুমজা লাকয়েল তাইবা খুদিংগীবু পোইরৈ ইদাইরেমশিংনা ৱাত্তনা চৈথাবও কৌনা মীপুম তানা নিংথৌ সনা ময়াথংবু হায়দোকপিখিয়ে হায়দবরা ?

অসুম্না চৈরাওবগী থৌরম অসি মৈদিংঙু ক্যাম্বগী সনাহাকতক্তগীনা অমুক চৈথাবা কৌবা মিংথোল পীবিদুনা নুপা অমমম্না চহি চহিগী চৈথাবা হৌখ্রে। চৈথারিবা নুপা অদুনা থায়নদগী হৌনা চথরকপা থৌরমগী মওং অদুবু মরুওইবা থৌরম ৱাৎতনা মীশক লাইশক মফমনচিংবগী মমিং মমিং হায়দুনা চৈথারিবা নুপা অদুনা মচিন্না য়েলহৌঙৈগী ৱারী পুম্নমক হায়রিবা অসিবু চৈথাবগী মরোল হায়না ঙসি ফাওবা কায়দনা চৈথাবনা মীয়াম তানবা খোঞ্জেল ৱাংনা হায়রি। ফিশেত্তি নিংখম শমজিলনচিংবা শেৎলি। হান্নগী চৈথাবনা য়েত্তা ফমই। অনৌবা চহিগী চৈথাবনা ওইদা ফমই। মরোল শিন্নবা লোইরগা অমুক য়েৎ ওই শিন্নগনি। অসুম্না ইনিংথৌগী সনামাঙদা চৈথারিবা নুপানা লাওরিবা মরোন্দি অরিবা লোন্না লাওই। হায়রিবা লাইরোলশিং অসি ৱাৎপা অমসুং হেনবা য়াদবা লাইরোলনি। অদুগা চৈথারিবা নুপা অদুনসু মচিন্দা পুদবা য়াদ্রবা লাইরোলন্নি। চহি চহিগী থৌথোক্লচিংবা লৈবাক্কী নিংথৌগী শাফম লানফম থৌথোক কয়ামরুমবু ইশিন্দুনা থম্বা লাইরিক অদুগী মমিং নিংথৌ চহি হায়না মমিং থোন্দুনা চৈথাবগী মমিংশিং অদু চহি খুদিংগী মথং মথং ওইনা চৈথারিবা মী মী অদুগী মমিং ইখ্রে। মথক্কিদি চৈথাদবনিনা মমিং ইদে, অসুম্না থৌথোকশিং অদুদা ইরিবা লাইরিক অদুগী মমিং নিংথৌ চহি হায়না কৌরম্বদগী। চৈথাবা হৌখিবদগী চৈথারোল কুম্বাবা হায়ন কৌরকখি॥

# চৈথাবা শিন্নবা ।

হৌখিবা চহিদা চৈথাখিবা নুপা অদুনা কুমশি চৈথাগদৌরিবা অদুদা মরোল হায়রগা শিন্নগনি । চৈথাবা অনিমক নিংখম শমজিলনচিংব শেৎলগা নিংথৌরোমদা ওনশিন্দুনা খুরুমলগা খুকউ অনিমক লৈতাদুনা খুৎ অনিমক লোন্নদুনা ফন্লগা ওনখিবা চহিদা চৈথাখিবা নুপা অদুনা নিংথৌনচিংবা লৈবাক মীয়াম তাননবা খোঞ্জেল ৱাংন হান্না লাওগনি । লাওগদবা মরোন্দি :- " ঐবু সিজবা ইবুংঙো লাইয়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌবও.... । নদায়রেম ঐনা পুজরকপা চহি অসিবু নদাইরেম ইতাও (মমিং হায়রগা) না পুজবা কুমনা লৈমা নিংথৌ পুন্সিবা চাকহোং ঙাহোংবা, ললহোং থুমহোংবাবু থোইবা হেনবা ওইরসনো......।

অসুম হায়না চৈথাবা শিন্নরগা অনৌবা চহিগী চৈথাগদবা নুপা অদুনা ওইরোমদা লৈদুনা খুকউ ২ মক লৈতাদুনা নিংথৌদা ওনশিন্দুনা ফন্লগা মখুৎ ২ মক লোন্নদুনা মখাগী মরোল অসি হায়দুনা লাওগনি------।।

## চৈথাবগী লাইরোল ।

ঐবু সিজবা ইবুংঙো

লাইয়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌবা

তাইবং শোরারেন নমু পোংহনবাও ঃ

নয়ু তুবি য়োইনোংদা

নোংদালাইরেল পাখংবা ।

অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌচিং শোম্বা

চিংঙু অনিমক্কি লোইদাম মকুমশাবু

মৈনা ৰাই তাংনা শমনা,

নয়ু নেংথৌরোল খুদিংদা

কোংবা লৈথোং ফাৎ । শজিবু লৈখুন ফুন

থাংজিং মখোকলাং খোকলামচৈথাং

পাখং হুয়েন লান পাম্বনা

হুয়েন লান্দা খোক, কংলা মৈচল খোক,

হুয়েন লম্মানি লম্মাচাও ফানচৈ ।

শিনাই নানি লোংবনা খোক লাং কামু চৈ, শারিক খিং খিং থাংনা । লৈরক থৌঙাই চৈবু’ খোকলাং লেংদা থোংনা চৈথাবা কুম । লোইদাম কুম্বা অনৌবনা চৈকারকপা অসিদা, ফত্ত হাওদি শাবাও লানপাও, কল্লক য়েক্ল পুম্ন মক্তি থারৈ লেমলৈ তারশুনো । ৰারেম লাললেম, খুনচিন লানচিন, মচিন মপাও, হকথি শোনাই, তিনথুং লাইথুং, অরান অহুই পুম্নমক্তি নদাইরেম ঐনা তাংজা লুদা থোংনা পুজরগে......। ঐবু সিজবা ইবুংঙো লায়য়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌবদি নুমিৎকুম মশোংচাও, থাবাগুম মঙাল নাইনা, কুমজা তেকহৌনা, থাজ নৌহৌনা পুন্সি চরৈ কুই । ৰাঙম খোংতোন শাং, তানথোং

ময়ুং কুই । লেমথোং মফে পকপা, পোইরৈ খুনহোং লৈহোংবা । খুঞ্জাও লৈচাওববু' লেপনা তান ফাংলা - ঙৈ - নে......।।

অসুম্না চৈথারিবা নুপা অদুনা লাইরোল অসি লাউরগা চৈথাবগীদমক্তা লৌ পরি অমা মনা পীবিবগা লোয়ননা পরি ফি থুমবোল নাম্মানচিংবা পীবি । ইনিংথৌনা চৈথাবা নুপা অদুবু মপুন্সিগী ওইনা থৌগাই পীরম্মী । হায়বদি লাল্লুপ কাবনচিংবগী থৌ কোকথোকপীরম্মী । অসুম্না চৎনরম্বা অসিদগী লাইরেন মৈদিংঙু হুয়েন লানজংফবা কৈরেন শাফাবা বুধচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তগী লৌ ওইনা পীবিখিদ্রে, ষ্টেট সরকারগসু য়ানদুনা মশাগী মরৌচা লৈজবদগী লৌ পরি অমগী মহাক্না শিদ্রিমখৈ খাজনা থিহন্দনা চাজনবা খাজনা কোকপিরম্মী । মথংদা ষ্টেট ডরবারগা অমুক লেপ্পবিদুনা চৈথাবা মীদা সনা খুৎনা লুপা ১০০ দং চহি চহিগী কায়দনা পীরম্মী । হৌজিক্তি লুপা ৫০০/- পীবিরে ।।

মথক্তা হায়খ্রিবা মৈতৈ চৈরাওবগী থৌরম অসি শ্রীযুক্তা ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা পণ্ডিত লোইশং সনা কোনুং ওজা অসিনা তাং ১/৫/১৯৬৯ ইংদা ফোঙখিবা “ নিংথৌ চহি” কৌবা লাইরিক অদুদগী লৌখৎচরগা হাপচবনি । “নিংথৌ চহি” কৌবা লাইরিক মচা অমা ওজা পণ্ডিতনা পিবিবগীদমক শ্রীযুক্ত ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ওজাগী মফমদা কৈশাম বিরচান্দ সিংহ্ ঐনা কয়ারক হন্না খুরুমজবগা লোয়ননা থাগৎচরি ।।

অসুম্না মৈতৈ চৈরাওবগী থৌরম অসি নিংথৌনা লৈবা সনাকোনুংদা লৈবাক্কী নিংথৌগী অমদি মণিপুর পুম্বগী ওইনা লাকদৌরিবা চহি অদুদা অফ নুংঙাই ওইনবা হায়দুনা লোইশংগী মাইবা মাইবী কয়ানা নিংথৌগী মাঙদা চৈরাওবগী থৌরম পাঙথোক্কুনা লাকই । অদুগা হৌজিক মণিপুরদা নিংথৌ পান্দবা মতমদগীসু সনা কোনুংগী পণ্ডিত লোইশংগী মাইবা মাইবীশিংগা শ্রীশ্রী গোবিন্দজিগী টেম্পলবোর্ড অমদি ব্রহ্মসভাগা লোইদুনা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা তৌবগুম্না চহি খুদিংগী শ্রীগোবিন্দগী মাঙদা চৈরাওবগী থৌরম কায়দনা মখল মথেল সুনা পাঙথোক্লি । চৈথাবগী মফমদা নিংথৌগী সনা খুৎনা সেন ওইনা

পিবীরম্বগুম্না নিংথৌ পান্দ্রবা মতমদগীদি শ্রীগোবিন্দজিউগী টেম্পলবোর্ডনা মনা পীবিরি। হান্ননা চৈথাবদা লুপা ১০০ (চামা) পিবিরম্বদগী মতমগী য়াওল মতুংইন্না চহি চহিগী খর খর হাপকৎপিরক্নুনা খৃ: ১৯৯৩ ইংদা চৈথাখিবা শ্রী কোঞ্জেংবম লয়োন সিংহ্ সাং অৱাং সেকমাইগী কুমদগীদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী টেম্পল বোর্ডনা মনা লুপা ৫০০(চামঙা) হৌরকখি। মদুদগীনা হৌখিবা তাং ১৩/৪/২০০০ ইং শজিবুগী ৯/১০ নি পানবা শগোলসেন নুমিৎকি চৈরাওবদা চৈথাখিবা শ্রী ফুরিৎশাবম পুন্সি সিংহ্ সাং খুরুখুলদা লৈবগী মফমদসু শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী টেম্পল বোর্ডনা লুপা ৫০০ পিবিখি ॥

অসুম্না মণিপুরদা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা লাই হাক্তক্তগী হৌনা চৈরাওরকখি। হৌজিক মণিপুরগী শ্রী গোবিন্দনা নিংথৌ ওইরি হায়বা য়াই। মরমদি নিংথৌরোল খুদিংদা চহি চহিগী পাঙথোকপা চৈরাওবগী থৌরম গোবিন্দগী টেম্পলবোর্ডনা চহি খুদিংগী কায়দনা পাঙথোক্লি। চৈথাবগী মনা পিবিবসু শ্রী যুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা লৈরিঙৈদা লুপা ১০০ (চাম্মা) পীবিরম্বদু শ্রী গোবিন্দগী বোর্ডনা চহি চহিগী খর খর হাপকৎপিদুনা হৌজিক্তি ৫০০ (চামঙা) য়ৌহনবিরে। মতমগী মতুংইন্না মতুংদসু চৈথাবগী মনা অসি অমুক্তসু হাপকৎপিরকপা য়াই ॥

হিয়াংলোইনা চৈথাবদগী হৌরগা ফুরিৎশাম পুন্সি সিংহনা চৈথাবা এপ্রিল ১৩/২০০০ ইং ফাওবদা চৈথাবা মশিং ৫১৭ সুরে। অসুম্না সনা কোনুংদা চৈরাওবগী থৌরম পাথোক্লিবা অসিদি লৈবাক নিংথৌ প্রজা পুন্নমক্কী ওইনা য়াইফনবা পাংথোকপা অচৌবা থৌরম অমনি ॥

কোংবা লৈথোং ফাৎপা, শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়রিবা থৌরম অসি চহি খুদিংগী শজিবুগী ৭ নি পানবদা ঙাক্তা তৌগনি। হায়রিবা লৈথোং ফাৎপগী থৌরম অসি তৌরবা মতুংদা চৈরাওবগী থৌরম তৌই। করি করিগুম্বা চহিদা শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওফম থোকপা নুমিৎ ওইরক্নুনা চৈরাওবসু য়াওই। হায়রিবা কুম অদুমদি চৈরাওখ্রবগী মতুংদা শজিবুগী ৭ নি পানবদা কোংবা লৈথোং ফাৎপা, শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়রিবা থৌরম থৌনিরোল অসিনা কোন্না তৌই। শজিবুগী নোংমা পানবদগী ৬ নি পানবগী মনুংদা

চৈরাওরবদি লৈথোং ফাৎপগী থৌরম্না কোন্না অদুম তৌবা অসি চৎনরকখি। অসুম্না চৎনরকপা অসি ইনৌ নৌনা চৎনরকপা নত্তে, লাই হাক্তকুগী হৌনা শোইবা য়াদবা কায়বা য়াদবা ওইনা চৎনরকই ॥

## রাজ মন্ত্রী পাবা

চৈরাওবা নুমিত্তা পাংথোকপা "রাজ মন্ত্রী পাবা" হায়বা থৌরম অসিসু কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুন ফুনবগা মরী লৈনবা থৌরমনি। হায়রিবা থৌরম অসিগী মরু ওইবা ব্রাফমদি মাইবা লোইশংগী মকোক ওইবা মাইচৌ পণ্ডিত অচৌবনা হৌনবী পোৎলম পুম্নমক থৌনিরোল কায়দনা চহি অদুগী লৈপাক্কী নিংথৌগী থৌনিজরগা, কুমজা অনৌবা অদুগী মহে লাক্কদবা অফ ফত্ত পুম্নমক পাথোক্তুনা লৈবাক নিংথৌ মীয়ামদা তাহনবগী থৌরমনি ॥

হায়রিবা পাথোকপগী থৌরম অসি শ্রীযুত মণিপুরেশ্বর ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাক্তকুগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী মাংদা রাজ মন্ত্রী পাবা হায়না ব্রাহ্মণনা কুমজা অদুগী লাক্কদবা অফ-ফত্ত ওইরক্কদবগী মহে, হায়বদি "শানিরাজ, মঙ্গল মন্ত্রী" অসুম্না লৈরবদা কুমসি চহিদা থাংজনা নিংথৌ ওইবগী মহে অফ - ফত্ত ওইরক্কদবগী ব্রারোল, লৈবাকপোকপনা মন্ত্রী ওইবগী মহে অফ - ফত্তগী ব্রারোল হায়গনি। অসুম্না ঈশিংগী মপু, নোংগী মপু, ঈশিং কোরেক কয়া লৈবা, সমুদ্রদা কয়া তাবা, চিংদা নোং কোড়েক কয়া চুবা, তমদা কয়া তাবা। নুংশিৎ কয়ানো, অইংবা কয়ানো, বজ্র কয়ানো, হু কয়ানো, অমৃত্ত কয়ানো, ফৌ কয়া লৈ, নাপী কয়া লৈ, প্রজা চাওখৎবা কয়ানো, চাওখত্তবা কয়ানো, নাপল কয়ানো, নোল্লুকপা কয়ানো, ঙা কয়ানো, থেঙ্গু কয়ানো, উচেক কয়ানো তিন কয়ানো, ধর্ম্ম কয়ানো অমসুং অধর্ম্ম কয়ানো। হায়বনচিংবা অনৌবা চহি অদুদা ওইরক্কদৌরিবা মরম খুদিংমক চৈরাওবা নুমিত্তা লৈবাক্কী নিংথৌগী মীয়াম তানা লাওনা পাথোকহল্লম্বা অদুবু শ্রী যুত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরগী নিংথৌদি শ্রীশ্রী গোবিন্দনা ওইবিরবনিনা রাজমন্ত্রী পাবা গোবিন্দগী মাংদা পাথোকপনা চুমগনি

খনবদগী চহি খুদিংগী শ্রীগোবিন্দগী মাঙদা তৌদুনা লাকখি । অদুনা হৌজিক ফাওবদসু শ্রীগোবিন্দজিউগী মন্দির মাঙদা চৈরাওবগী থৌরম চহি চহিগী কায়দনা তৌরি ।।

অসুম্না চৈরাওবা নুমিত্তা রাজমন্ত্রী পাবগী থৌরম অসি নিংথৌরোন খুদিংগী তৌরকই । অদুবু হৌজিক অমুক চহি খরগী মমাঙদগী মওং অনৌবা অমা হাপচিল্লকখি । অসি হাপচিল্লকপগী মরমদি অসিনি :- চৈরাওবা নুমিত্তা রাজমন্ত্রী পাথোকপদা তারিবা মীওইদি সনা কোনুংদা চৈরাওবগী থৌরম য়াওরুরবা মীওই অদুখক্তনা তাবা ফংবনি । তারিবশিং অদুসু নাইচৌনা হায়খ্রিবদু লোইনা ইশিনবসু নংহৌদে । অদুগা মতম খরা নিংশিংলম্লগা অকাওবা নাইরকই ।। মরম অসিদগী মণিপুরগী অঙম অথৌ য়াইতোং খমদোংনচিংবা প্রজা কয়ানা নুংঙাইজদবা, হায়বদি অনৌবা চহিদা ওইরক্কদবা অফ ফত্তগী মরোল খংজনিংবা অদু খংবা ঙমদবদগী প্রজা কয়া কয়ানা পেনজদবা ওই ।

অসুম্না প্রজা মীয়ামশিংনা পেঞ্জদবা নুংঙাইতবা অসি উবদা শ্রীযুক্ত ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ । হৌজিক্তা সনা কোনুং পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিত অচৌবা ওইবিরিবা ওজাগী পুক্লিংদা নুংঙাইতবদগী প্রজাগী ফননবা করি তৌসিগে খল্লুরগা, রাজ মন্ত্রী পাবগী থৌরম অসি লাইরিক ওইনা নমথোক্লগা চৈরাওবা নুমিত্তা মীয়ামদা য়েনথোক্লবদি মীয়াম্না খজিক্তং ওইরবসু পেনবিগদ্রা খনবীবদগী শ্রীযুত বুধচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা শ্রী কুলচন্দ্র পণ্ডিতনা মতমদুগী লোইশংগী পণ্ডিত শ্রী অমুয়াইমা সিংহ, সিনিয়ার পণ্ডিত । অমাদ শ্রী চাওবী সিংহ, সেকেণ্ড পণ্ডিত অনিগী মফমদা য়াম্না কুপ্না তানদুনা রাজ মন্ত্রী পাবগী থৌরম অসি লাইরিক ওইনা শকাব্দঃ ১৮৯১ । খৃঃ ১৯৬৯ ইং এপ্রিলগী তাং ১৪ শজিবুগী ২৮ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী চৈথাবা তেনশুবম তর্পনগী কুমদা রাজ মন্ত্রীপাবা কৌবা লাইরিক মচা চেনা ৫/৬ পানবা অমা শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিতনা ফোঙলগা তাং ১৩/৪/৬৯ ইং শজিবুগী ২৭ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী মন্দিরদা

চৈরাওবগী থৌরম য়াওবীরবা অমসুং কুম্ফে য়েংবা লাকপা মীওই খুদিংমকপুসু রাজ মন্ত্রী পাবা লাইরিক কোপী অমমম লেম্না য়েনথোকপা হৌদোকখি ।।

লাইরিক্কী মমল পৈশা ২৫ তনি ।।

অসুম্না চৈরাওবা নুমিত্তা রাজ-মন্ত্রী পাবা কৌবা লাইরিক ছাপা নমথোক্লগা প্রজা মীয়ামদা য়েনথোকপগী থৌরম অসি থাইনা তৌরমদবদগী তেনশুবম তর্পননা চৈথাবা কুম ১৯৬৯ ইংদগী হৌরকখিবনা হৌজিক ফাওবদসু কায়দনা সনা কোনুংগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী টেম্পলবোর্ডনা চহি খুদিংগী তৌরি ।।

অসুম্না সনা কোনুংদা লোইশংগী পণ্ডিত মাইবা মাইবী শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী টেম্পলবোর্ড অমসুং ব্রহ্ম সভানচিংবনা পাঙথোক্লিবা চৈরাওবগী থৌরম অসিদি লৈবাক্কী, নিংথৌগী, মন্ত্রী, অঙম-অথৌ খুদিংমক্কী, অসিদসু নত্তনা মণিপুরদা লৈরিবা জীব খুদিংমক হায়বদি শা ষণ, শগোল-শামু, হুই-হৌদোং, উচেক ব্বায়ানচিংবা জীব খুদিংমক্কীসু ওইনা লাক্কদৌরিবা অনৌবা কুমজা অদুদা য়াইফ থৌরাং ওইহনবীনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা হায়বদি মণিপুরদা লৈরিবা লাইফমশিংগী লাইথোং খুদিংদা ইরাৎ থৌনিজদুনা পাংথোকপা অচৌবা থৌরম অমনি ।।

সনা কোনুংদা তৌরিবা অশিনা মণিপুর পুম্নমক্কী ওইখ্রবসু মণিপুরগী মৈতৈ জাতি ঐখোয়না চৈরাওবগী থৌরম য়ুমথোং খুদিংগী তৌনরকই । শিবা নত্রগা চাবোকপগী য়ুম মাংলবদি চৈরাওবা য়াওনরক্তে । থায়নগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৈরাওগদবা থা মখাই নত্রগা ১০ নি ৫ নি ব্বাৎলিঙৈদগী য়ুমথোং খুদিংগী য়ুম লৈকাং কম্থবা, ফক্লাং ব্বাই তৈবা, ফমুং কাংথোল থাংদোক্লুনা শিত্তোক চামথোকপা, ফৈজুপ মাইথ কাংখল শুদোক চামথোকপা চহি খুদিংগী তৌদবা য়াদবা ওইরম্মী । অদুবু হৌজিক্কি মতমগী মতুং ইন্না য়ুম অয়াম্বদি থাউমৈ পোদোন থাব্দবগী চাখুমদা ফুঙ্গাদা শিংগী মৈ থাবা তোক্লখিবদগী য়ুমদা তেংগালি কাবা উরা হুমদাংদগীনা ফকলাং ফাওবা মুসুক মুশিব্বা লৈতবদগী লৈকাং কম্থনিংঙাই লৈতবা য়ুম অয়াম্বা ওইনরক্লে । অদুবু ফমুংগী ফিরোল শুদোক চামথোকপদি তৌনরি ।।

কুম অমগী চৈরাওরমদাইদা য়ুম পানথ্রবা নিঙোলশিংনা মপামগী মমা মপা মবুং মৌপন্নাশিংগী দমক্তা ঙমজবা ফী-রোল থিনবগী চৎনবী অসিদি মহৌশাদগী হৌজিক্লা হেন্না কনখৎলকপা উরি ।।

চৈরাওবা নুমিৎকি চাকচা তোল্লগা লম লমদুগী মনাক নকপা চীংদা চীংকাবগী থৌরমদি মহৌশাদগী হৌজিক ফাওবগসু মান্নবা মওংদা উরি ।।

চৈরাওবগী নোংঙানবদগী শিলহেন্বা কৌবা থৌরম অমদি নুমিৎ ৫ নি থবক সুদবী, শুম্বল য়াংকোক পায়বা য়াদবী হায়বা থৌরমগী চৎনবী মতুংইন্না ফৌসু চেংসুবগী থবক তৌনরমদে । চৈরাওবা মতুংদগী লম খুদিংগী কাং শান্নবা থৌরম য়াম্না কন্না তৌনরম্মী । চৈরাওবা মতুংদগী নোংমাইজিং খুদিং খরদি পাখং লৈশাবী কয়া কয়া, মৌনহা অহল ফাওবা য়াওনা লমলক্তা লৈবা উমংলাই মহাদেব খুরুম্বা হৈ,লৈ ষঙ্গোম কৎপা চৎনরম্মী । হৌজিক ফাওবসু চৎনরি । হৌজিক্তদি মণিপুরদা য়ুম খুদিংগী শুম্বল য়াংকোক থমন্দুনা ফৌসু চেংসুবগী থবক তোল্লখিবগী মতুং ইন্না চৈরাও মতুংগীশিলহেনবা থৌরম মমিংদি লৈরি ।

হৌজিক্তি চৈরাও মতুংদগী কৌব্রুচীং কাবা থৌরম অসি থাংজা ইরাই নোংমাইজিং থিরুদনা কানিংবা নুমিত্তা হেক্তা কানদুনা কৌব্রু কাবগী থৌরমদি থাইনদগী হৌজিক্লা কনখৎলে হায়বা য়াই । চৈরাও মতুংদগী লৈকাই খুদিংগী খুল খুদিংগী "কাং" শান্নবা, নুপা খুৎ, নুপী খুৎ শিংনদুনা শান্নবদা কাং পোৎলান্নবী মহৌশাগুম্না শান্নখিদবনা য়ামশিল্লক্লে। মসি পুম্নমক মতমগী য়াওন্না পুরকপনি । ঈশ্বরনা শান্নবা লীলাগী মতুং ইন্না মতম মতমগী অওনবা কয়া কয়া লাকখি, মতুংদসু অওনবা তত্তনা ওল্লকখিগনি, অহোংবা তত্তনা লাকখিগনি । পুম্নমক অসি ঈশ্বর মহাক্লা ওইহনবা ঙাক্তনি । মরম অসিনা মীওইবা ঐখোয়না মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বর মহাকপু কাওদনা নিংজবা মহাক্কী মিংখৈবু নুংশিনা শোঞ্জবনা মীওইবা মপোক্কী কান্নবা ওইগনি । ঈশ্বরদি অমখক্তনি অমখক্তা ওইবা মহাক্লা লাই পুম্নমকসু মহাক্কি, তাইবং পুম্নমকসু মহাক্লা ওইবনি, মঙোন্দগী পুথোকপনি; মঙোন্দা লৈবনি, অরোইবদা মঙোন্দা অদুম্মক তিনগনি । মরম অসিনা মাগী মিংলেন অথোইবা হরি হরি কৃষ্ণ কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ শোল্লসি ।।

# জগৎকী চহি

চৈরাওবা হায়বগী তশেংবা ব্রাহম্মোক্তি চহি লোইরে হায়না লাওববু চৈরাওবা হায়না কৌই । পৃথিবীদা মীওইবা জাতি মখল কয়াগী চহি মখল কয়া লৈ । মদুদিঃ- শকাব্দাঃ খৃষ্টাব্দ, বাঙ্গলা সন, সংবৎ, হিজরি, ফসলী-অমলী,মগী, বগড়ীসন, ত্রিপুরাব্দ, শ্রীঁচৈতন্যাব্দাঃ, কামরুপীয়শ্রীঁ শঙ্করাব্দ অমসুং বুদ্ধাব্দাঃ অসিনচিংবনি । হায়রিবা চহি মখল ময়াম অসি অমগা অমগা চহি হৌবা অমসুং লোয়বা মান্নদে । পুম্নমক অসিগী চহি অরোইবা খুদিংমকপু চৈরাওবা নুমিৎ হায়না কৌনরমদে ।

খৃষ্টাব্দ কৌবা শককী খৃষ্টমাস ডে (বড়ডিন) চৈরাওবা নত্তে যিষুখৃষ্টগী চহিলোইবা মপোক কুমওন পালন তৌবনি । অমসুং নোংঙাল্লগা জানুৱারীগী তাং ১ দা "নিউ ইয়ার্স ডে" নুমিৎ অসি খৃষ্টকী চহি হৌবা নুমিৎনি, জগৎকী ওইবা নুমিৎ থা গ্রহশিংগী ঋতুগী খোঙচৎ মতুংইন্না চহী হৌবা নুমিত্তি নত্তে ।

বুদ্ধাব্দঃ কৌবা শককী চহি খুদিংগী কালেনগী পুর্ণিমাদা পাংথোক্লিবা বুদ্ধ পুর্ণিমাগী থৌরমসু চৈরাওবা নত্তে । বুদ্ধদেবগী চহি অমা লোইখিদুনা অনৌবা চহী হৌবা নুমিৎনি । জগৎকী চহি হৌবা নুমিৎ নত্তে ।

চৈতন্যাব্দাঃ কৌবা শক্কী "গৌর পুর্ণিমা" হায়দুনা য়াওশংগী কুম্মে "ফাগুৱা" গী থৌরম অসি গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী দমক্তদি চহি অমা লোইখিদুনা অনৌবা চহি হৌবা মতমনি । জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী কুমজা অমা লোইবা - হৌবা নুমিত্তি নত্তে । মরম অসিনা চৈরাওবা নুমিত্তি নত্তে । চৈতন্য দেবগী মপোক কুমওন পালন তৌজবনি ।।

শঙ্করাব্দা কৌবা শক্কী চহি হৌবা মেরা থাগী ১০ নি পানবদা চহি খুদিংগী চহি হৌই । মদুসু জগৎ তাইবংপাম্বগী চহি কুমজা নত্তবনিনা চৈরাওবা কৌদে । শ্রী শ্রীশঙ্করদেব মহাপুরুষকী মপোক কুমওন পালন তৌবনি ।।

মৈতৈগী ইপা ইপুশিংনা চৈরাওরম্লিবা নুমিৎ অসিগা ময়াংগী হিন্দুশিংনা পাংথোক্লিবা চড়ক পুজা অসিগা নুমিৎ অমখক্তদা মান্নে । ব্রাফম অসি অনৌবা

নত্তে য়াম্না লিরবা মতমদগী তৌরকপা থৌরমনি । হায়রিবা নুমিৎ অসিমদি জগৎকী চহি লোইবা নুমিৎনি, মরম অশিদগী মৈতে ইপা ইপাপুশিংনা চহি লোইরে হায়দুনা লাওববু চৈরাওবা হায়না কৌরম্মী ।

## শকাব্দাঃ

শকাব্দাঃ হায়বা চহি অসিদি খৃষ্টাব্দগুম্না কনাগুম্বা মীগী নত্রগা লাইগী মপোক্কগী লৌরগা কৌখিবা শক নত্তে ।

শকাব্দাঃ কৌবা শক্কী চহিগী অরোইবদা পাংথোক্লরিবা "চড়ক পুজা" চৈরাওবগী থৌরম অসিদি কনাগুম্বা লাইগী মপোক নুমিৎসু নত্তে । কনাগুম্বা নিংথৌগী মপোক্কগী হৌরগা থিবা চহি নত্তে । তাইবংপানবদা নুমিৎ থানা চৎলিবা খৃতুগী খোংচৎ মতুংইন্না চহি কুমজা অমা লোইদুনা অনৌবা চহি হৌগদবা নুমিৎ অদুদা তৌবা থৌরম অদুবু "চৈরাওবা" কৌই মসিবু ময়াংশিংনা "চড়ক পুজা" হায়না কৌই ॥

হায়রিবা নুমিৎ অসি "রবিগ্রহ" হায়বদি নুমিৎ কৌবা গ্রহনা মেষ রাশিদগী খোংশাল্লকপনা অরোইবা থা "মীনরাশি" দা লৈবা লোইরদুনা মেষ রাশিদা লানথ্রগদবা পুংফম হায়বদি নুমিৎ ৩৬৫ গা পুং ৬ মিঃ ১২ সেঃ ৩ অসি মপুঙ ফারগা মেষরাশিদা লানথ্রগদবা অনিগী তাইনবা মরক অদুবু মৈতে ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা লাই হাক্তগী হৌনা মৈনা ৱাই তাংনা শমনা, শজিবু লাকয়েন তাইবা কৌদুনা চৈরাওবগী থৌরম পাঙথোকই ॥

নুমিৎকি খোংচত্তগী লৌরগা শাবা চহি কুমজাবু ময়াংশিংনা শকাব্দঃ হায়না কৌবগী মরমদি :- শক জাতিগী শালিবাহন কৌবা নিংথৌ, কনা কনাগুম্বনা "কনিষ্কি" হায়নসু খঙনৈ ) নিংথৌ অসিনা পুথোকখিবা চহিনি । হায়রিবা চহি অসি শালিবাহনগী মপোক নুমিত্তগী হৌরগা শাখিবা চহি নত্তে । মহাক্না নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা, তাইবংপান্বগী নুমিৎনা চৎলিবা খতুগী খোংচৎ অসিদা চহি কুমজা অমগী অহৌবা মফম কদায়দনো, অরোইবনা কদায়দনো, চহি কুমজা অমদা নুমিৎ কয়ানা চহি অমা শাবগে পুং কয়ানো ১সুং সেকেন্দ কয়ানা চহি অমা শাবগে হায়বা মরম পুন্নমক কুপ্না হোৎলগা তশেংনা

চুম্লবদু খংলদুনা পুথোকখিবা চহিনি । শক জাতিগী নিংথৌনা পুথোকপা চহিবু শক + কা অব্দগা সন্ধি তৌরগা = শকাব্দা হায়খিবনি ।

শক হায়বা জাতি অসি খ্বাইগী অথোইবা জাতি ওইরম্মী । শক জাতিবু হূন জাতি হায়নসু খঙনরম্মী । শক জাতিগী শালিবাহন নিংথৌগী মমিং কনীষ্ক হায়নসু খংনৈ । কনিষ্কগী শমলপ্পা ৱারি অসুম্না লৈ মদুদি ঃ- কনিষ্ক - শক শাগেগী নিংথৌনি । মহাক খৃঃ গী অহান্বা শতাব্দীদা ভারত বর্ষগী অৱাংদা নিংথৌ ওইরকখি । শক জাতিনা হান্না লৈবা মফমদি এসিয়া প্রদেসকী ময়াইদনি । হিন্দুশিংনা মফম অদুবু শাকদ্বীপ হায়না কৌনৈ । হায়রিবা শক জাতিশিংনা মরক মরক্তা ভারতকী মফম কয়া কয়াদা আক্রমণ তৌদুনা নিংথৌ খুভম শেমখি । হায়রিবশিং অসিগী মরক্তগী কনীষ্কনা খ্বাইদগী হেন্না থৌনা লৈবা পাঙ্গলবা ওইখি । মহাক্না পানবা কোনুংগী মমিং অদু পুরুষপুর কৌই । হৌজিক্কীদনা "পেশোয়ার" অসিনি । মহাক বৌদ্ধ ধর্ম্মদা পুক্লিং চংনা চৎলি । মহাক্কি মতমদা বৌদ্ব ধর্ম্মশিংগী শরুক মরি অমসুং অরোইবা পুম্নমক তান্নদুনা ৱারেপ্পখি ১সুং স্বর্গ কাননবা লৈগী দোলাইনি হায়দুনা বৌদ্ধধর্ম্মবু শেংলবা নিংনফম ওইহনখি । ধর্ম্ম অসিগী ৱারেং শৈরেং সংস্কৃত লোন্দা ইদুনা থম্মি, অমসুং এশিয়াগী মনুং,চিন, তিব্বত জাপান্নচিংবা অৱাং-নোংপোক্কী দেশ কয়াসু য়াওনা ধর্ম্ম অসি হরাওনা চৎনহনখি ।।

কনা কনাগুম্বনা হায়নৈ - কনীষ্ক অসি "বাসুদেব" হায়বা মিং কৌদুনা কাশ্মীরদা নিংথৌ ওইরম্মী । অতোপ্পা কনা কনাগুম্বগী মোত্তনা বাসুদেবদি কনীষ্কনা পোকপা মচানি হায়নৈ । হায়রিবা শালিবাহন "কনীষ্ক"গী মতমদগী শকাব্দাঃ চৎনবা হৌখি । শকাব্দাঃ অহানবা হৌখিবা মতমদি খৃষ্টব্দা ৭৮ সুবা চহিদগী হৌখি । শক শাগেনা ভারত্তা চহি ১৯০ চুপ্পা নিংথৌ ওইখি ।।

(<u>সরল বাঙ্গলা অভিধান পৃ ৬৩৪</u>)

অসিগুম্বা শকাব্দাঃগী চহি লোইবা মতমদা ময়াংশিংনা চড়ক পুজা তৌই, মৈতে ঐখোয়না চৈরাওবগী থৌরমতৌই । নুমিৎ অসিদা তৌরিবা থৌরম অসি ময়াংশিংগা মৈতে ঐখোয়গা লাইশোন তিনশোন্দা হৈকৎ লৈকৎকী মরমদা খর মান্নদ্রগসু চহি লোইবগী তৌবা থৌরম ওাক্তনি । চড়ক পুজাবু মৈতে ঐখোয়না

চৈরাওবা হায়রুবতনি। চৈরাওববু ময়াংশিংনা চড়ক পুজা হায়খিবতনি।

হায়রিবা নুমিৎ অসি চহি খুদিংগী ডাইরেক্টরী পঞ্জিকাদা চড়ক পুজা মহাবিষুব সংক্রান্তি হায়না তত্তনা ইরি। ঐখোয় মৈতৈগী চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তসু "১৪নি ইমশকৈশদা বিষুব সক্রান্তি ওইএ"। খোরিখুন চাওবগী কুম শক ১৭৭৬/১৫নি শগোনসেন্দা শজিফুগী পালোক ওইএ। অসুম্না চহি খুদিংগী নুমিৎ অমখক্তদা চহি লোইবগী থৌরম পাংথোকমিন্নে।

কুম্বাবা পৃ: ৩২২

মসিদগী ঐখোয়না খংগদবদি শকাব্দাঃ গী চহি লোইবা ১সুং হৌবা অসি মীওইবা জাতি খরতগী নত্তে। মরমদি নুমিৎ থা থৱানমিচাক গ্রহ উপগ্রহশিংনা চৎপা খোঙচত্তগী চহি কুমজা অমা হৌবা - লোইবা মতমনি। হায়বদি নুমিৎ থা গ্রহশিংনা চৎলিবা খোঙচৎ অসি মীওইবা জাতি খরতগী নত্তে অকোইবদা লৈরিবা জীব খুদিংমক্কীনি। শম্না হায়রবদা উ, ৱা, নাপী, শা, উচেক, তিন, কাংনচিংবা পুম্নমক্কী ওইবা নুমিৎ থা গ্রহশিংনি। মখোয়গী খোঙচত্তগী কুম হৌই অমসুং কুম লোই। মরম অসি লৈবনা মুন্না খন্থরবদি শকাব্দাঃ গী চহি লোইবগী থৌবম অসি য়াওবা য়ারোইদবগী মরম লৈতে হায়বা য়াই। লোইননা শকাব্দাঃ কৌবা শককী চহি অসিদি কনাগুম্বগী মপোক্তগী হৌরগা শাখিবা চহি নত্তে, মহাক্তি নুমিৎ থা গ্রহশিংগী খোঙচৎকী মতুং ইন্না চহি কুমজা অমগী হৌফম লোইফম শেমখিবা ওইবনা জগৎকী চহি হায়না কৌবা য়াই।

মরম অসিনা জগৎকী চহি লোইবগী থৌরম চৈরাওবা অসি মীওইবা জাতি খুদিংমক্না তৌবা য়াই। অদুবু মহৌোদগী হৌজিক ফাওবদা মীওই জাতি খরনা তৌরগা খরনা তৌদবগী মরমদি চৈরাওব অসি করিনো? করম্বা জাতিনা তৌগদবনো ? মীপুম খুদিংমক্না তৌবা য়াব্রা য়াদ্রবরা-হায়বদু কুপ্না থিজিন্দবদগী ওইবা য়াই হায়না খল্লি।।

# মৈতৈ চৈরাওবা ২ থোকপা ।

ঐখোয়গী মণিপুরদা অরিবা মতমদগী হায়বদি লাই হাক্তক্তগী হৌনা চৈরাওবগী থৌরম অসি শাজিবু থাগি থাজিন্দা অমুক চৈরাওই । মথং চহিদা শজিবু থয়াইদা চৈরাওই । মথং চহিদনা থামৈদা চৈরাওরকখি । থৌরম অসি লৈনুং লোঞ্জা পাখংবনা তৌরম্বগী মথংদা মৈদিংঙু নোংঙদা লাইরেন পাখংবদগী হৌরগা লাইগী নিংথৌ, নিংথৌরোল (৭) তরেৎনা চৎথরকপগী মথংদা মীগী নিংথৌ মৈদিংঙু "নাওফংবা" ইনিংথৌদগীসু কায়দনা চত্থরকপনা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক ফাওবসু কায়দনা চত্থরকখি । মসিফাওবসি মণিপুরগী মৈতৈ ঐখোয়না চৈরাওবা অনি থোকলমদে ।।

হৌখ্রবা তাং ৯/১২/১৯৫৫ ইং হিয়াঙ্গৈ থাগী ২৬ নি পানবা কৃষ্ণা একাদশী ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৯ তাবা মতমদা শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজ সংসারদগী বিদায় ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ তাঞ্জখ্রে ।।

শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা নোঙ্গাখ্রবগী চহি ১০ মুক্কি মতুংদা মণিপুরগী মফম খরদা মীতৈ মচা খর-খর হায়বদি য়ুম ১০০ গী মনুংদা ২.৩ গুম্বা শজিবুগী নোংমা পাম্বদা চৈরাওবা হৌরকখি । অসুম্না ওইরকপানা চহি ১/২ গী মতুংদা ১০০ গী মনুংদা য়ুম ৫ গুম্বা নোংমা পাম্বদা চৈরাওবা য়াওরকখি ।।

মথংদা হৌখিবা খৃঃ ১৯৯০ ইং গী মণিপুরী কেলেন্দর, মণিপুরী ডায়রী ফকলাং পাঞ্জিকানচিংবদা শজিবুগী নোংমা পানবদা মৈতৈ চৈরাওবা হায়বা ৱাহৈ হাপলকখি । হায়রিবা নুমিৎ অসি তাং ২৭/৩/৯০ ইং শজিবুগী নোংমা পাম্বা লৈবাকপো্পা নুমিৎনি ।।

মথং চহি তাং ১৭/৩/৯১ ইং শজিবুগী নোং পানবা নোংমাইজিংগী ডায়রিদসু মৈতৈ চৈরাওবা হায়বা ৱাহৈ থাবা য়াওরকখি ।।

মতমদুদা (বিরচান্দ সিংহ) ঐনা খল্লি; করম্নো ! চহি (চা) কয়াগী মমাংদগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা লিচিং অমত্তদা পুন্না চৈরাওদুনা লাকখি । অদুবু হৌজিক মৈতৈ জাতি অমখক্তনা থৌরম অমখক্তদা অনি থোক্লবদি কাংলুপ

কাংলুপ থোকখিদুনা মৈতৈ মচা মশেলমক্তা নুংশিনদবা মচাক অমা ওইবা তারে । চহি খুদিংগী শজিবুগী নোংমা পাম্বদা চৈরাওরকখিদে হায়বা অসি, ডায়রি - কেলেন্দর ইরিবা পণ্ডিতশিংনা থোইনা হেন্না খংলবনি । অরাম্বা ৱাহৈ ইশিনফম থোক্তবা লাইরিক্তা ইশিল্লবদি পাপকী মশক্নি ।লুরিবদি মৈতৈ মচামক্তা নুংশিন্দনবা শিল্লিবা থৌরম অসি য়ারবদি থিংহৌবনা ফৈ খন্দুনা হৌখিবা তাং ৫দগী ১২ ফাওবগী হাপ্তা চেফোং)/১/৯২ ইংগী ইশু নং ৩৮ শুবা "ইম্ফাল ৱীক্লি" চেফোংদা "মণিপুর পণ্ডিতকী অরানবা অমা" হায়না কৌবা আর্টিকল অমা হাপখি ।।

মরোম্দি:- ঐখোয়গী মণিপুর পণ্ডিতশিংগী মরক্তগী পণ্ডিত খরদি অরানবা অমা লৈরে । মদুদি:- মৈতৈলোনগী কেলেন্দর, ফকলাং পাঞ্জিকা অমসুং মণিপুরী ডায়রীনচিংবদা শজিবুগী নোংমা পাম্বদা মৈতৈ চৈরাওবা হায়বা ৱাহৈ ইশিম্বা য়াম্না লাপ্লি । মরমদি:- হৌজিক্তগী চহি (৫০০) চামঙাগী মমাংদগী হৌজিক ফাওবদা চৈরাওরকখিবা অসি এপ্রিলগী তাং ১৩/১৪ দা ঙাক্তা চৈরাওরকখি । অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া ইবা য়াবা ইরবগী লোইরকপদা ইখি মদুদি :- মীলিশিংগী মনুংদা ৫ গুম্বনা নোমা পাম্বদা চৈরাওবদু লাওজসনু কেলেন্দরদা হাপচিম্বদি পণ্ডিতকী গুণ মাংননবনি ।।

<u>কৈশাম বিরচান্দ সিংহ ।</u>

অসুম্না ঐনা ১৯৯২ ইংদা খবরদা হাপ্লবদগীদি মথং চহি খৃঃ ১৯৯৩ ইংগী ডায়রিদা তাং ২৪/৩/৯৩ ইং শজিবুগী নোংমা পাম্বা য়ুমশকৈশ নুমিৎ অদুদদি "মৈতৈ চৈরাওবা" ৱাহৈ অদু ইরকখিদে । ডায়রি ইবা পণ্ডিতশিংনা ঐঙোন্দা নত্রগা খবরনচিংবদা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা খংহন্নকখিবা লৈতে ।।

অদুগা মীতৈ মরুপকী "খুৎহোংপা মৈতৈ" কোল্লবা য়াইমা কৌবা চীংমৈরোংদা লৈবনা চেফোং খররগী ইশু নং ৪০ শুবা ইম্ফাল ৱীক্লিগী তাং ২৬/২/৯২ ইংদা:- "কৈশাম বিরচান্দ সিংহনা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা চৈরাওবগী মতাংদা লাল্লে হায়রিবদু অরাম্বনি, খংদনা পংঙাং ঙাংবনি " অসি হায়বা আর্টিকল অমা হাপলকখি ।।

মথংদা ঐনা ইম্ফাল ব্রীক্লি ইশু নং ৪২ দা আর্টিকল অমা হাপখি । "ঐনা হায়খিবদি মণিপুর কণ্ডিতশিংগী মরক্তা পণ্ডিত থরদি অরানবা অমখক লৈরে হায়বনি" লাল্লিবা পণ্ডিতশিং অসিসু হিরম খুদিংমক্তা লাল্লি হায়জবা নংচদে, শজিবুগী নোংমা পানবদা মৈতৈ চৈরাওবা হায়না ডায়রিদা ইশিন্বা লাল্লি হায়জবনি ।।

মরমদি:- কেলেন্দরদা ডায়রীদা ইশিন্বা তারবদি মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ জাতি খুদিংমক শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওগদবনি হায়বা ব্রাফম অমা লাক্লে । মসি থোক্তনবা ইশিনফদে হায়জবনি । অসিনচিংবা ব্রাহৈ কয়া হাপখি ।।

ব্রাফম অমনা কোঙ্গবা য়াইমনা শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা লাল্লি হায়বা খুদম চাদম অশেংবা পীবা ঙম্বা মীদা লুপা ১০০০ মনা পীগনি হায়না খবরনচিংবদা খংহনখি । মতমদুদা কৈশাম বিরচান্দ সিংহ" না লুপা লিশিং মনা লৌবিহৌদবা করিগীনো ? হায়বা ব্রাফম অদুদি :- অরাপ্পা খুঙ্গংদা লৈবা খবর পাজদবনা খংজহৌদ্রে ।।

অদুবু নোংমা পানবদা চৈরাওগদবনি হায়বা প্রমাণ পীবা ঙমগনি হায়বিরবনিনা কোঙ্গবা য়াইমদা ব্রাহং অমা হংজগে, ব্রাহংগী পাওখুম লৈবাক মীয়াম্না য়াবা পীবিরকপা পামজৈ ।।

ব্রাহং:- পাংখংবনা পানবদগী নিংথৌরোল কয়া ফাওবদা চহি খুদিংগী শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওরম্বগে ? তোকখিবনা (শক) কয়াদা করম্বা নিংথৌগী মতমদা তোকখিবনো ? নোংমা পান্বদা চৈরাওবগী চৈথাখিবা চৈথাবগী মিং "শক" থংন থংননা মিং ৫/৬ তংগী পীরকউ । অসিনচিংবা ব্রারোল কয়া হংখি অদুবু অশেংবা পাওখুম পিরকখিদে । মরমদি:- চহি খুদিংগী শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওরমদবনা চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তা ইরমদবনা পাওখুম অশেংবা পিবা ঙমখিদে ।।

মরক অসিদা ব্রাফম অমসু মীতৈ লাইনিং চৎপা "সনাহল কংলৈচা" কৌবা উচেক্কোন্দা লৈবা অমনা ইম্ফাল ব্রীক্লিগী ইশু নং ৪৩ দা "শজিবুগী

নোংমা পান্বদা মৈতৈশিংনা চৈরাওরম্মী" ওজা বিরচান্দগী শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওরমদে হায়বা ৱাখল্লোন্দু অরাম্বনি । হায়বা আর্টিকল অমা অঙাওবনা চোইরোল লোম্বগুম্বা অচুম্বা লৌবা য়াদবা ৱারোল ইরকখি ॥

মরক অসিদা মীতৈ লাইনিং চৎপা ঙাথেম লালা মীতৈনা ইম্ফাল ৱিক্লীগী ISSUE NO. 44 দা চৈরাওবগী মরমদা আর্টিকল অমা হাপলকখি মদু মখাদা শন্নপ্না থমজরে ।

## ঙাথেম লালা মীতৈ ।

## মীতৈ চৈরাওবা কোরৌ শজিবুগী নোংমা চনবদনি মীয়াম্না লৌনরিবা লোইদাম শজিবুগী নোংমা পান্বা নত্তে ॥

<u>ঙাথেম লালা মীতৈ, থৌবাল কিয়াম ।</u>

ঙসি পৃথিবীদা চৎনরিবা চহি শাবগী মওং অসি ২ থোক্না চৎনৈ । থাগী চহি হায়বা অমা, অমনা নুমিৎগী চহি হায়বা অমা অসুম্না চৎনৈ । থাগী চহিনা নুমিৎ ৩৬০ না শাই। নুমিৎকি চহিনা ৩৬৫$\frac{১}{৪}$ না শাই । মরম অসিনা শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা তারবদি থাগী চহিসু শুদে, নুমিৎকিঁ চহিসু সুদে । শুদবগী মরমদি থাশি ১২ অসিনা পুন্সন্বদা নুমিৎ ৩৫৪ দগী হেন্না ফংদে । ফংদবগী মরমদি থা ১২ অসি পুল্লগা থিদুনা য়েংবদা নোংমা লৈতবনচিংবা য়াওবদগী নুমিৎ ২৯ নি ফংবা থা ৬ য়াওই, নুমিৎ ৩০ নি ফংবা তা ৬ য়াওই । অসিনা মরম ওইদুনা পুনশিল্লকপদা নুমিৎ ৩৫৪ নিদং ফংখিবনি । অসিনা মরম ওইদুনা শজিবুগী নোংমা পান্বদগী হৌখিবনা মথংগী শজিবুগী ৬ নি পানবদা নুমিৎ ৩৬০ সুরে, মসিনা থাগী চহিনি । নুমিৎকি চহি শাবা তারগনা শজিবুগী নোংমা পানবদগী হৌরগা মথংগী শজিবুগী ১১ নি পান্বগী চাকচামাংদা নুমিৎ ৩৬৫ নি শুরে ॥

শজিবুগী নোংমা পান্বদগী লমতাগী থাশি ফাওবদা শারিবা চহি অসিদি নুমিৎকি চহিসু য়ৌদে থাগী চহিসু য়ৌদে ॥

শজিবুগী নোংমা পান্বদা চৈরাওবা হায়না পুয়াদা ইরিবা অসিদি কোরৌ (নুমিৎ)শজিবুগী নোংমা চনবদা চৈহৌবা হায়বনি । অদুনা মৈতৈ-মীতৈ ইনাৎপু চৎচরিবা ইচিল ইনাওশিংনা ওন্ননা লোইদাম শজিবুগী নোংমা পানবা ওইনা লৌরে । পুয়াদা ইরিবা অসিদি কোরৌগী থাজৎনি লোইদামগী থাজৎ নত্তে । সনামহি লাইনিংবু মুন্না খংলবদি চৈরাওবগী মরমদা থোয়না য়েৎননিংঙাই লৈতে । মীতৈ ঐখোয়গীদি চহি হায়বা অসি য়েক ৭ সলাইগা থারগা ৮ হায়বা অসি থাদোকপা ঙমদ্রবা ৱাফমনি । চহি ১ গী শক্তমগা নোংমগী শক্তমগা চপ মান্নে, নোংমসু য়েক ৭ সলাইগা থারগা ৮ না চহি শাবগুম্না চহিগীসু শাই । মীকুপ, নাহুম, নিংশা, পুংজা, য়ুথক, অহিং, নুংথিল শলাই ৭ অসিনা নল্লিবা মফমগা থানা ৮ শুই ৮ অসিনা নোংমা শাই । চহিদনা নোংমা, নিমাং, নিন্দুং, কুন্থী, কালেন, থারুক, চহি ৭ অসিনা নল্লিবা মফমগা ৮ অসিনা চহি শাই ।।

য়েক শালাই শুদনা মালেম লৈফু ফাৎত্রিঙৈ সনামহিনা নোংখোং কোইবা থুংদ্রিঙৈ করম্না চৈরাওগদগে ? নোংমা পান্বদগী থাশি য়ৌবা ফাওবগী থাজৎ অসি ১২ না শাবা তারবদি, অমদি থানন্নবা (থাপানবা) অসি য়াওদ্রবদি কুম পারকপদা চহি ৫/৫ গী থা ২ অনি হাপকৎতুনা পাবা চৎনরিবা অসি কায়রবদি চহি খরগী মতুংদদি ৱাকচিংদা কালেন তারক্কনি । মুন্না ৱাখল তৌবিয়ু পুয়ানা ইবদি কোরৌগী থাজৎপুনি, লোইদামগী তাজৎ নত্তে ।।

ঐখোয় মীতৈনা চৎনরিবা চৈরাওবা অসি ময়াংনা পাংতোক্লিবা চড়ক পুজা অসিসু কোরৌ লমতাগী থাশিদা ইতৎ তত্তনা তাই । মীতৈনা অহোংবা লৈতনা অসুম তাখিগনি । ঐখোয় মীতৈনা কোরৌ শজিবুগী নোংমা চনবদা চৈরাওবা তারবদি চড়ক পুজা মতুং নোংমা কোনবদা থোকে। মসি কোরৌ শজিবুগী নোংমা চনবনি । ময়াংগী চড়ক পুজা নুমিৎ অসি নুমিৎ শুবা মরমনা মীতৈগী লাই খুন্দিন লাল্লুপ ফম্বা শিংশৎপা নুমিৎনি । লোইদাম থাগী থাজত্তগী অকক্নবা থাবান্দা চৈরাওবা অসি তাফম থোক্তে । অসিনা মরম ওইদুনা ইপা ইপুনা চহি কৌবা লাইবু মমিং থোন্দুনা হয়িচক্, হয়াচক্, কোন্নচক্, লাংবচক্ হায়না মমিং থোন্দুনা থনমলিবা অসিনি । চৈরাওবা হায়বা অসি ইমা লোলনি । মমাংঙৈদা মীতৈনা চৈ থাদুনা চহি পারম্মী । নুমিৎ ৩৬৫ নিগা

মশুংনা "মশুং" হায়বদি নোংমবু চৈ ওইনা লৌরবনা নোংমগী ৪ তোকপগী মশুংবু চৈ মশুং হায়না লৌবনি । অসিনা চহি অমা শাই ।(৩৬৫$\frac{1}{4}$) ।।

ইপা ইপুনা মতম কুপ্পা শিজিন্নরিঙৈ মতমদদি অয়ুক ঙন্তা চৈ হৌখিবনা মথং চহিদা নুমিৎ য়ুংবদা চৈরাওরম্মী । নুমিৎ য়ুংবদা চৈরাওবা কুম্বু হয়াচক কৌই ।।

নুমিৎ য়ুংবদগী অমুক চহি হৌখিবনা মথংগী চৈরাওবদি য়াচংবা মতমদা তাই । মসিগী কুম্বুনা কোন্নচক কৌই ।।

য়াচংবদগী অমুক চহি হৌখিবনা মথংগী চৈরাওবদি অহিং নোংয়াইদা চৈরাওরম্মী । মসিগী কুম্বুনা লাংবচক কৌই ।।

অহিং নোংয়াইদগী অমুক চহি হৌখিবনা মথংগী চৈরাওবদি অয়ুক ঙন্তা থোক্লে । মসিগী কুম্বুনা মৈতৈনা হয়িচক কৌই । অসুম্না মতম হোং হোংদুনা চৈরাওরম্মী । অদুবু হৌজিক্তি মতম হোং হোংদুনা চৈরাওবগী মহুত্তা খুদোংচাবা য়েংদুনা অয়ুক্কি মতমদা ঙাক্তা চৈরাওরে ।।

অসিনা মরম ওইদুনা চহি খুদিংগী মচিৎ মচিৎ লৈহৌবা (হেঞ্জনখিববা) মতমনা পুন্সিন্দুনা ৪ শুবা চহিদা নুমিৎ ৩৬৬ না চহি শারে । লোইদাম শজিবুগী নোংমা পানবদগী হৌরগা লমতাগী থাশি ফাওবদা থা ১২ শুবনা চহি শাবা তারবদি মসিগী খোংচৎ কায়দনা নুমিৎ ৩৬৫ নিনা শাবা চহিগী কেলেন্দর অমা পুথোকপিরক্লবদি ঐখোয়সু লোইদাম শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা অসি য়াওজগনি । নত্রবদি ঐখোয় মীতৈদি সনামহি লাইনিং কায়বা য়াদবনা কোরৌ শজিবুগী নোংমা চনবদা চৈ হৌগনি । লোইদাম শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবদি নুমিৎ শুদবনা মরম ওইনা ঐখোয় মীতৈদি য়ানিংদে ।।

অসুম্না ঙাথেম লালা মীতৈনা খবরদা ফোংদোক্লকখি । অচুম্বমক্কি লালাগী ৱাফম অসি মণিপুরদা লাই হাক্তক্তগী হৌজিকফাওবদা চৈরাওবগী থৌরম কায়দনা তৌরি । অয়ুক, নুংথিল, সন্ধ্যা, অহিং মতম হোং হোংদুনা

চৈরাওরম্বা তোক্নুনা হৌজিক অয়ুক্ত ঙাক্তা ফাওবা চৈরাওরবসু চহি লোইবগী মতম অমসুং চহি হৌবগী পুংফম্নচিংবা মতম হোংবা অদু হৌজিকসু তৌরি । মদুদি:- সনাকোনুংগী শ্রী শ্রী গোবিন্দগী লাইমাংদা শজিবু চৈরাওবগী থৌরম পাংথোকপা মতমদা "রাজ মন্ত্রি পাবা" কৌবা লাইরিক মচা অমা চৈরাওবা নুমিত্তা তিল্লরিবা মীওই খুদিংমক্তা কোপী অমমম্ লেম্না য়েনথোকই । লাইরিক অদুদা চহি হৌবগী পুংফম মতম য়াম্না শন্দোক্না তাকই । মদু মখাদা চহি ৬ তংগী ওইনা থমজগে মসি য়েংলগা কুমহৌবগী মতম খংবীগনি ॥

## কুম হৌবা মতম

শকাব্দঃ ১৯১৩ চৈত্রগী ৩০। তাং ১৩/৪/৯২ ইং শজিবুগী ১০ নি পানবা নিংথৌকাবগী নুংথিল পুং ৪ মিঃ ৫৪ (দণ্ড ২৮/৫০) দা রবিগ্রহনা মেষ রাশিদা চংলি মতম অদুদগী শকাব্দাঃ ১৯১৪ হৌরে ॥

শকাব্দাঃ ১৯১৪ চৈত্রগী ৩০। তাং ১৩/৪/৯৩ ইং শজিবুগী ২২ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকি অহিং পুং ১১ মিঃ ৫ (দণ্ড ৪৪/২১) দা রবিগ্রহনা মেষ রাশিদা চংলি মতম অদুদগী শকাব্দঃ ১৯১৫ হৌরে ॥

শকাব্দাঃ ১৯১৫ চৈত্রগী ৩১। তাং ১৪/৪/৯৪ ইং শজিবুগী ৩ নি, পানবা শগোলসেন নুমিৎকি অহিং অথেংবা নোংয়াই মতুং পুং ৫ মিঃ ২০ (দণ্ড ৫৯/৫৪) দা রবি গ্রহনা মেষ রাশিদা চংএ মতম অদুদগী শকাব্দাঃ ১৯১৬ হৌরে । দণ্ড ৬০ না নোংমনি শগোলসেনগী দণ্ড লোইগদবা দণ্ড ৬ খক্তা মণ্ডাইরে ॥

শকাব্দাঃ ১৯১৬ চৈত্রগী ৩০। তাং ১৪/৪/৯৫ ইং শজিবুগী ১৪ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ মিঃ ৩২ (দণ্ড ১৬/২৩) চৎপদা রবিগ্রহনা মেষ রাশিদা চংলগনি মতম অদুদা শকাব্দাঃ ১৯১৭ হৌরে ॥

শকাব্দাঃ ১৯১৭ চৈত্রগী ৩০। তাং ১৩/৪/৯৬ ইং শজিবুগী ২৫ পানবা থাংজা নুমিৎকি সন্ধা পুং ৫ মিঃ ৪৪ সেঃ ৮ (দণ্ড ৩০/৫৫) তামদা রবিনা মেষ রাশিদা চংলগনি । মতম অসিদগী শকাব্দাঃ ১৯১৮ হৌরে ॥

শকাব্দাঃ ১৯১৮ চৈত্রগী ৩০। তাং ১৩/৪/৯৭ ইং শজিবুগী ৬ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকি অহিং পুং ৯ মিঃ ৫৫ (দণ্ড ৪১/২৩) দগী রবি গ্রহনা মেষ রাশিদা চংবা হৌরগনি। মতম অদুদগী শকাব্দাঃ ১৯১৯ হৌরে ॥

অসুম্না মৈতৈনা লাই হাক্তক্তগী মতম হোং হোংদুনা চৈরাওরম্মী। হৌজিক অয়ুক্তা ঙাক্তা লাওরবসু চহি হৌবগী পুংফমদি "রাজ মন্ত্রি পাবা" লাইরিক্লা লৈবাক মীয়ামদা খংহল্লি ॥ অসুম্না মণিপুরদা লাই হাক্তক্তগী হৌনা চৈরাওবগী মতম শজিবুগী থাজিন, থায়াই, থামৈদা হোং হোংদুা চনিরকই। মতমসু অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং মতম হোং হোংদুন চৎনরম্মী হায়ব। খংবদগী হৌজিকসু ঙাথেম লালা মীতৈনচিংবা মীতৈ মরুপ অয়াম্বনা শজিবুগী নোংমা পাম্বদা চৈরাওবা য়াওদে ॥

চৈরাওবগী মরম্মু মুমৎতানা খংদবা মীতৈ মরুপ খরনা মমাংগী চড়ক পুজাগা পুম্বা পামদবদগী মৈতৈ ঐখোয়গী লাই হক্তক্তগী চখরক্লিবা চৈরাওববু ময়াংগী মতৌ তম্বনি খনখিদুনা নোংমা পাম্বদা চৈরাওবা হৌদোক্লখি।

অসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা মৈতৈ-মীতৈ জাতি অমখক্তনা থৌরম অমখক্তা ওইবা চৈরাওবা ২ থোকফম থোক্তববু চহি ১০ মুক্কি মমাংদগী মৈতৈ চৈরাওবা অনি থোকহনখি ॥

মৈতৈ চৈরাওবা অনি থোকহনখিবগী মীওইদি মণিপুর সরকারগী ফমনাইবাশিংগী মরক্তগী নোংমা পানবদা চৈরাওবগী ছুটি পিশিল্লিবা ওফিসার অদুমা। মণিপুরগী কেলেন্দর ১দি ডায়রি ইরিবা অখং অহে পণ্ডিতনা ডায়রিদা কেলেন্দরদা শজিবুগী নোংমা পানবগী তারিক্তা মৈতৈ চৈরাওবা হায়না থাজিম্বা অসিমগা, মরম অনি অসিনা চৈরাওবা অনি থোকখি, ॥

মণিপুরদা শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবগী ছুটি পীবিরিবা ওফিসার ১দি শজিবুগী নোংমা পানবদা মৈতৈ চৈরাওবা হায়না ইশিল্লিবা পণ্ডিত। মখোই অনি অসি লাইরিক লাইসু য়াম্না থাক ৱাংনা হৈরবা মীওইদি ওইরগা ৱাখল খম্বদি খরদং ৱাংলি। ৱাংপগী মরমদি :- মৈতৈ জাতি অমখক্তনা থৌরম অমখক্তা ওইবা চৈরাওবা অসি অনি ;থোকপা চুম্ব/চুমদব্রা ? করম্বনবু

অচুম্বা ওইরিবা ? নোংমা খুম্বনবু চুপ্লিবরা ? নত্রগা হান্নগী অসিনবু চুপ্লিবরা ? অসিফাওবদং খল্লুবিরগা তং তাবদু খংলবা মতমদা ছুটি অমখক্তং পীরল্লবদি ফগনি । মদু নত্তবদগী হৌজিক ফাওবদা মৈতৈ চৈরাওবা অনি থোক্লা লাক্লিবা অসি ডায়রিদা য়েংবদা চহি ১১ সুরে ॥

## মণিপুর ডায়রিদা মৈতৈ চৈরাওবা থাখিবশিং ।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১/খৃঃ ১৯৯০। | মার্চ ২৭। | শঃ ১ পানবা। | লৈবাকপোকপা। | মৈতৈ চৈরাওবা। |
| ২/খৃঃ ১৯৯১। | মার্চ ১৭। | শঃ ১ পানবা। | নোংমাইজিং। | মৈতৈ চৈরাওবা। |
| ৩/খৃঃ ১৯৯২। | এপ্রিল ৪। | শঃ ১ পানবা। | থাংজা। | মৈতৈ চৈরাওবা। |
| ৪/খৃঃ ১৯৯৩। | মার্চ ২৪। | শঃ ১ পানবা। | য়ুমশকৈশা। | ইদে। |
| ৫/খৃঃ ১৯৯৪। | এপ্রিল ১১। | শঃ ১ পানবা। | নিংথৌকাবা। | ইদে। |
| ৫/খৃঃ ১৯৯৪। | এপ্রিল ১২। | শঃ ১ পানবা। | লৈবাকপোকপা। | মৈতৈ চৈরাওবা। |
| ৬/খৃঃ ১৯৯৫। | এপ্রিল ১১। | শঃ ১ পানবা। | থাংজ। | মৈতৈ চৈরাওবা। |
| ৭/খৃঃ ১৯৯৬। | মার্চ ২০। | শঃ ১ পানবা। | য়ুমশাকৈশা। | মৈতৈ চৈরাওবা। |
| ৮/খৃঃ ১৯৯৭। | মার্চ ৮। | শঃ ১ পানবা। | লৈবাকপোকপা। | মৈতৈ চৈরাওবা। |

## মসি ফাওবসি মৈতৈ চৈরাওবা হায়না থারম্মী মথং

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৯/ খৃঃ ১৯৯৮। | মার্চ ২৯। | শঃ ১/২ পানবা পুল্লে। | | নোংমাইজিংদা | মৈতৈ চহি হৌবা। |
| ১০/খৃঃ ১৯৯৯। | মার্চ ১৮। | শঃ ১ | পানবা | শগোলসেনসু | মৈতৈ চহি হৌবা। |
| ১১/খৃঃ ২০০০। | এপ্রিল ৮। | শঃ ১ | পানবা। | য়ুমশকৈশসু | মৈতৈ চহি হৌবা ইরে। |

অসুম্না মৈতৈ চৈরাওবা হায়না চহি ৭ /৮ ইরবগী মতুংদা অমুক মৈতৈ চহি হৌবা হায়না ইবা চহি ৩ সুরে । মথংগী শক ২০০১ ইংগী মার্চগী তাং ২৬ তা শজিবুগী নোংমা পানবদা নিংথৌকাবা তারে । মসিদনা মৈতৈ লুপকী চহি হৌবা হায়না ইরক্কদৌরিব্রা খংদ্রে । মসি কেলেন্দর - ডায়রি ইরিবা পণ্ডিতশিংগী মাখলদা ওইরসনু ॥

## চন্দ্রাব্দা ।

চন্দ্রব্দা হায়বদি থাগী খোংচত্তগী শাবা চহিবু চন্দ্রব্দা কৌই । চহি ১ দা থা ১২ নি থা অমা হায়না শারিবা থাগী খুৎশা অসি মখল ৫ থোক্লা লৈ ।।

১/ থাশি মতুং নোংমা পাম্বদগী থিবা হৌরগা পুর্ণিমা ফাওবদা থা মখাই শারগা থাশি ফাওবদা থা অমা শারিবসি (মুখ্য "চন্দ্রামাস") হায়না কৌই ।।

২/ পুর্ণিমা মতুং নোংমা কোম্বা ১৬ নি পাম্বদগী থিবা হৌরগা থাশিদা থা মখাই শারগা পুর্ণিমা ফাওবদা থা অমা শারিবা অসিনা " গৌণাচন্দ্রামাস" হায়না কৌই ।।

৩/ রবি গ্রহনা হায়বদি নুমিৎনা রাশি অমামম্দা লৈবা মতমবুনা সৌর মাস কৌই । মসিনা নুমিৎকী খোংচত্তগী শাবনি ।।

৪/ তিথি ৩০ না থা অমা শারিবদো চন্দ্রামাস কৌরে । হায়বদি তারিক ৫ দগী তারিক ৫ দা, নত্রগা তারিক ২০ দগী তারিক ২০ অমদা শারিবা থা অদুসু চন্দ্রমাস কৌই ।।

৫/ অহিং ৩০ নুংথিল ৩০ না থা অমা শারিবদো সৌর "সাবনমাস" হায়না কৌই । মসি নুমিৎ থোকপদগী মথংগী নুমিৎথোকপা ফাওবনা নোংমা শারিবা নোংমা ৩০ না শাবা অদুবু "সাবন মাস" কৌই । অসুম্না থা অমগী খুৎশা অসি মখল ৫ থোক্লা চৎনরি ।।

শক্তিবুগী নোংমা পাম্বদগী থিবা হৌরগা থা ১২, লমতাগী থাশি ফাওবদা নুমিৎ ৩৫৪ দমক ফংই । সৌর জগৎতা চৎনরিবা চহি অমদি নুমিৎ ৩৬৫ গা পুং ৬ মিঃ৩ না চৎনরি । মরম অসি লৈবনা তাইবংপানবদা থাগী খোংচত্তগী চহি শাবা চন্দ্রাব্দা খুৎপাই চৎনরমত্রিবনি ।।

ঐখোয়গী মণিপুরদসু শ্রীযুৎ মৈদিংগু চীংথংখোম্বা মহারাজনা পানবা মতমদা শকাব্দাঃ ১৬৮২ দা চন্দ্রাব্দা কৌবা শকপু লিংখৎতুনা জ্যোতিষ চন্দ্রিকা কৌবা

পাঞ্জি লাইরিক চংনবা হৌরমলে । অদুবু শ্রীযুক্ত/ চিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা মহারাজনা পানবা মতমদা নুমিৎ মশিং ঙাংলি হায়দুনা চন্দ্রাব্দা খুৎপাই চংনবা তোকখি ॥

চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ১২৩।

অসুম্না থাগী খোংচৎকা নুমিৎকি খোংচৎকা মান্নদবসি মীওইবনা সেমল্লুবা নত্তে । জগত্তা লৈরিবা গ্রহশিং অসিনা চৎলিবা খোংচৎপু মুন্না খংলবা পাঞ্জিশিংনা পঞ্জিকা খুৎপাইদা ইবতনি মসিগী তশেংবা খুদম খর মথাগী অসি য়েংউ ॥

(১) অহান্বা খুদম:- হৌখিবা খ্রীঃ ১৯৮৫ ইং এপ্রিলগী তাং ২০ থাংজা নুমিত্তা শক্তিবুগী থাশি তাখি, মথং নোংঙাল্লগা এপ্রিলগী তাং ২১ গী নোংমাইজিং নুমিত্তা কালেনগী নোংমা পাল্লে ॥

নিংথৌকাবা ২ নি, লৈবাকপোকপা ৩ নি, য়ুমশশকৈশা ৪ নি, শগোলসেন ৫ নি, ইরাই ৬ নি, থাংজা ৭ নি, নোংমাইজিং ৮ নি, নিংথৌকাবা ৯ নি, লৈবাকপোকপা ১০ নি, য়ুমাকৈশা ১১ নি, শগোলসেন ১২ নি পাল্লে । ইরাইদা ১৩ গা ১৪ নিগা পুন্না পাল্লে থাংজদা ১৫ নি পাম্বা পূর্ণিমা ওইরে ॥

খুৎথেক্কীদি নোংমাইজিংদা পূর্ণিমা তাগদবনি অদুবু ১৩ গা ১৪ গা পুনখিবনা নোংমা ঙাংনা নুমিৎ ১৪ খক্তদা পূর্ণিমা ওইরে । মসিগী মরম অসি পঞ্জিকা ইরিবা পণ্ডিতনা হেক্তা ইশিন্বা নত্তে নোংমা ঙাংতবা য়াদবদগী ঙাংনা ইবনি ॥

মরমদি - হায়রিবা থাংজা পূর্ণিমা অসি চন্দ্রগ্রহণ তৌখি । গ্রহণ অদু "পূর্ণগ্রাস" পুন্না উমখিবা গ্রহণনি । পঞ্জিকা ইবা পণ্ডিতশিংন থাংজা অসি পূর্ণিমা ওইরে পূর্ণগ্রাস চন্দ্রগহণ তৌফম থোক্লে, নুমিদাংগী পুং অদুক, মিঃ অদুক সেকেন্দ অদুক্তা হৌরগা পুং, -মিঃ, -সেকেন্দা লোইবা তারে । গ্রহণ অসিবু উবা ঙংগদবা লমশিংগী মফম অমসুং লম লম অদুগী উগদবা পুংফম

মিনিট সেকেন্দ ফাওবা খৎলগা ইরিবা অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মতুংইন্না গ্রহশিংগী খোংচৎ খংবদগী ইবনি ॥

অসুম্না এপ্রিলগী তাং ২১ নোংমাইজিং নোংমা পান্বদগী নুমিৎ ১৪ নি সুবা মেগী তাং ৪/৮৫ ইং থাংজা নুমিত্তা পুর্ণিমা ওইরে । মথংদা নোং ঙাল্লগা ১৬ নি পানবা নোংমাইজিংদগী নুমিৎ ১৫ নি সুবা মেগী তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিত্তা কালেনগী থাশি ওইরে । মরম অসিনা কালেন থা অসি নুমিৎ ২৯ নি খক্তা ফংলে । মসি আকাশদা চৎলিবা নুমিৎ থা গ্রহশিংগী খোংচত্তগী ওইবনি, মীওইবনা শেন্নুবা নত্তে ॥

## গ্রহন তৌবগী মরম ।

সুর্য্যগ্রহণ চন্দ্রগ্রহণ ওইবগী মরমদি নুমিৎকি অকোয়বদা পৃথিবীগা থাগনা লৈনা লৈনা চৎপা খোংচত্তগী থোকপনি । পৃথিবীগী অকোইবদা থানা লৈনা লৈনা চৎলি ॥

পৃথিবীনা নুমিৎপু অমুক কোয়বদা নুমিৎ ৩৬৫ নি, অদুগা থানা পৃথিবীবু অমুক কোইবদা নুমিৎ ২৮ নি চংই । অসুম্না থানা পৃথিবীগী অকোয়বদা লৈনা লৈনা চৎপা, পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা লৈনা লৈনা চৎলকপা মতমদা, থানা পৃথিবীগা নুমিৎকা অনিগী মরক্তা লৈবা তারকই, মতম অদুদা নুমিত্তগী পৃথিবীদা ফংগদবা মঙাল অদু থানা খঙিন্দুনা থাগী মমিনা কুপশিন্দুনা থল্লে, মাদুনি সুর্য্যগ্রহণ । সুর্য্যগ্রহণ থাশিগী নুংথিলন্দদা ঙাক্তা থোক্তনি । অদুগা থাগা নুমিৎকা অনিগী মরক্তা পৃথিবীনা লৈবা মতমদা পৃথিবীগী মমিনা থাদা তারে, মদু চন্দ্রগ্রহণনি, চন্দ্রগ্রহণ লেপ্পমক পুর্ণিমাগী অহিংদা ঙাক্তা ওইগনি ॥

(সরল বাঙ্গালা অভিধান) পৃঃ ৫০১ ।

# মলমাস।

অসুম্মা তাইবংপানবদা নুমিৎ থানচিংবা গ্রহশিংনা চৎলিবা খোংচৎ অসি মীওইবনা শেম্নুবা নত্তে। থাগী খোংচত্তা শাবা থাবু চন্দ্রামাস কৌই, নুমিৎকি খোংচত্তা শাবা থাবুনা সৌরমাস কৌই। চহি অমাগী মনুংদা অনিগী খেন্নবা নুমিৎ মশিং মথাগী অসিদা য়েংসি। মখাদা পিরিবা খুদমশিং অসি হৌখ্রবা চহি খরদা ওইখ্রবা মক্তনি।।

| শকাব্দাঃ ১৯০৫। থাগী খোংচৎ চন্দ্রামাস | | | খৃঃ ১৯৮৩/৮৪ ইং নুমিৎকী খোংচৎ সৌর মাস | | | শকাব্দাঃ১৯০৬। থাগী খোংচৎ চন্দ্রামাস | | | খৃঃ ১৯৮৪/৮৫ ইং নুমিৎকি খোংচৎ সৌরমাস | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১/ শজিবু | নুমিৎ | ২৯ | মেষ-বৈশাখ | নু; | ৩১ | ১/ শজিবু | নুমিৎ | ৩০। | মেষ-বৈশাখ | নুমিৎ | ৩১ |
| ২/ কালেন | " | ৩০ | বৃষ-জ্যৈষ্ঠ | " | ৩১ | ২/ কালে | " | ২৯ | বৃষ-জ্যৈষ্ঠ | " | ৩২ |
| ৩/ ইঙা | " | ২৯ | ~~বৃষ-জ্যৈষ্ঠ~~ মিথুন-আষাঢ় | " | ৩২ | ৩/ ইঙা | " | ৩০ | মিথুন-আষাঢ় | " | ৩১ |
| ৪/ ইঙেন | " | ২৯ | কর্কট-শ্রবণ | " | ৩১ | ৪/ ইঙেন | " | ২৯ | কর্কট-শ্রবণ | " | ৩২ |
| ৫/ থবান | " | ৩০ | সিংহ-ভাদ্র | " | ৩১ | ৫/ থবাল | " | ২৯ | সিংহ-ভাদ্র | " | ৩১ |
| ৬/ লাংবন | " | ২৯ | কন্যা-আশ্বিন | " | ৩১ | ৬/লাংবন | " | ৩০ | কন্যা-আশ্বিন | " | ৩০ |
| ৭/ মেরা | " | ২৯ | তুলা-কার্ত্তিক | " | ৩০ | ৭/ মেরা | " | ২৯ | তুলা-কর্ত্তিক | " | ৩০ |
| ৮/ হিয়াঙ্গৈ | " | ২৯ | বৃশ্চিক-অগ্রহায়ন | " | ২৯ | ৮/ হিয়াঙ্গৈ | " | ২৯ | বৃশ্চিক-অগ্রহায়ণ | " | ২৯ |
| ৯/ পোইনু | " | ৩০ | ধনু-পৌষ | " | ৩০ | ৯/ পোইনু | " | ৩০ | ধনু পৌষ | " | ৩০ |
| ১০/ৱাকচিং | " | ২৯ | মকর-মাঘ | " | ২৯ | ১০/ৱাকচিং | " | ৩০ | মকর-মাঘ | " | ২৯ |
| ১১/ ফাইরেল | " | ৩০ | কুম্ভ-ফালগুন | " | ৩০ | ১১/ ফাইরেন | " | ২৯ | কুম্ভ-ফালগুন | " | ৩০ |
| ১২/ লমতা | " | ৩০ | মীন-চৈত্র | " | ৩০ | ১২/ লমতা | " | ৩০ | মীন-চৈত্র | " | ৩০ |
| ফংবা নুমিৎ - ৩৫৩ | | | ফংবা নুমিৎ - ৩৬৫ | | | ফংবা নুমিৎ - ৩৫৪ | | | ফংবা নুমিৎ - ৩৬৫ | | |

অসুম্মা শকাব্দাঃ ১৯০৫। খৃ: ৮৩/৮৪ ইংদা থাগী খোংচৎতা নুমিৎ ৩৫৩, নুমিৎকী খোংচৎতা নুমিৎ ৩৬৫ ফংলে। মসিদগী ঐখোয়না খংলে চহি অনিগী মনুংদা থাগী খোংচৎকা নুমিৎকী খোংচৎকা কোন্নবা অসি নুমিৎ ২৩ নি খেন্নরে। মখা তানা চহি অনি অমামুক্তা চথদুনা য়েংশি।।

